# স্বামী বিবেকানন্দ

অনসুং

মহাক্কী জাতীদ পীব পাওজেল

দেবেন্দ্র

# স্বামী বিবেকানন্দ

অমসুং

## মহাক্কী জাতীদ পীব পাওজেল

সম্পাদক :

শ্রীলৌক্রাকপম দেবেন্দ্র সিংহ

মমল— লুঃ ৩·৫০

প্রকাশক :

সম্পাদক মশামক

ইম্ফাল।

স্বত্ব পুন্ন থাক্রবা

অহানব থুৎনম— ১৯৮০

কোপী— ১০০১

ফংফম :

প্রকাশক মশামক অনম্ভুং

লাইনিক য়োনবা ফুকাপশিং

নম্ফম— সারদা উইমেন্স প্রিন্টিং প্রেস, নাগ মপাল, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

স্বামী বিবেকানন্দবু ঐখোয়না খরদং কাওংখোকখিবগুম্না উবা অসিদা মহাক্না নীংথিবা পাওতাক বয়া অসি কাওথিগদৌরব্রা হায়না মীপাইজক্নবনা লাইবিক মচা অসিমক্তং মহাক্না মনী লৈনবা লাইবিকশিংদগী যেংঙনগা — ইংবাক মচাশিংগী মফমদা বচ্চবি। মসিমক্তা নপুং ফারে হায়বদি নত্তে; মহাক্না মপাওদি মপান লৈত-বনি। অদুবু খরদং অসিনা লংঙা লংজিন ওইরগা নৌনা হৌনক্লিবা অচৌংশিংনা মপান লৈতবা অদুবু থিজিন্দুনা পুক্সবু মহৈ যাম্না অমমম ওইনবা তোংনবদা মতে ওইগদ্রা নীং তুনা পাগক্লবনি। নীংলিবা অসিমক ওইপোক্লবদি কনমগী মহৈ যাল্লে হায়নঙগনি।

লাইবিক অসিবু নম্মনব অহোংবা মমলগী চে ফংহনবিগীদমক মণিপুর সংকাপবু থাগৎতবা উমজদে। লাইবিক অসিবু নম্নবগীদমক অরাবা খংবিবিয়দবা সাবা উইমেন্স প্রেন্টি রাকসবু থাগওবা উমজদে; পূম্নমক্না মথক্তা লাইবিক অসিবু পাবিবিবা মীওইশিং অদুনা নৌনা হৌবক্লিবা নহাবোন ওইরকবদি মহাকপু খোইদোক হেন্নাক্না থাগচরি।

২১ ৪-১৯৮০ দেবেন্দ্র

# সূচী পত্র

ঐবু চাওনবা য়োকপদা
মরু ময়াং কেমথ্রবী—
ইপিজা লক্ত তিন্নবা
খোংদাই শেৎন হোৎনরম্বী—
থিঙমদবী 'ইমা' নখোঙখাদ
কচ্চরি নচান অহান্ব খুদোন
স্বামী মাগী মপাওখোন
লৌবিয়ুকো ইমা তরাম্না
মরোল শুদ্রি' নারানি খন্দুনা ॥

দেবেন্দ্র

# ১। স্বামী বিবেকানন্দগী চাওরাকপা পুন্সি রারি।

নরেন্দ্রনাথ দত্ত নত্রগা নরেন মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈগী মীংনি। মহাক্কী মপাবুংগী মীংনা বীশ্বনাথ দত্ত অমসুং অপোকপাগী মীংনা ভূবনেস্বরী দেবী খৌই। ই° শোক ১৮৬৩ গী জনুয়ারী তাং ১১, নিংথৌকাবা মুমিত্তা কলিকতাদ পোকখি। দত্ত শাগৈ মতমমতুগী ইনাকখুন্বা অমদি থোইদোক হেন্দোক্লা ইকাই খুম্নবা অতুগা নীংতম্বা পাম্বা অমনি। অতুগীসু মথক্তা পীনহৈবদসু শকখঙনরম্মী। নরেনগী মপুবোক দুর্গাচরন দত্ত আইন হৈবা, সংস্কৃত অমসুং ফার্সী নিংথনা হৈবা মীওই অমা ওইবম্মী। অদুবু মচানুপা বীশ্বনাথ পোক্লবা মতুংদদি চাহ কুনমঙাত্তা ভায়বিঙৈদা সংসারবু নাকোইনরম্লগা সন্ন্যাসী অমা ওইখি।

নরেনগী মমা ইবেম্মা ভূবনেস্বরী ধর্ম্মবু থাজবা চীংলেম্বী নুপী অমা ওইরম্মী। মহাক্কা মচানুপী লৈজববসু মচানুপা অম-গীদমক য়াম্না লাংতক্তজরম্মী। নোংমা মাগী মমঙদা বীরেস্বর সিবনা লাক্কুনা মচানুপা অমা পীবিগনি হায়না রাশকপিরম্মী, মদুগী মতুং থরা কোম্বরগা নরেন্দ্রনাথপু মহাক্না ফংজখি।

অঙাং ওইবিঙৈনা নরেন্দ্রনাথ পোথ দবা অতুগা ফাগী জূগাই য়াম্না হৈবা অমা ওইনা হৌরকই। অদুতসু নত্তনা নরেন রাখন

থনবদা পুক্লিং চঙবা, শাম, সিতা, সিবনচিংববু ইবাৎ পুজা তৌনা শাম্লজবদা পুক্লিং থোইদোক্লা চঙশিনবা অমা ওইবকই। মমা ইবেম্মনা লীবিবা বমাযন মহাভাবতকী য়াবীবু মহাক্লা পুক্লিং চঙনা তাজবম্মী। মতুনা মাড়োন্দা য় থলগী অনৈ-অনৌবা ইনোৎ কযা কাইলম্মী। অডাং ওাঁশিডদগী হৌনা নন্দেন্দ্রনাথ অচুম-অশানগী থম্ম-নৈনবদা পুক্লি লূপ্ল-স্মুপ্ল হৌবকপনা পাথঙ ফাম্কপা ফাওবদা মহাক্কী থম্মোয অমম্মু য়াথল অশোংবগী লম্খাদা চিংশিনথি। নোংশা শবানগুম্না নিংথিববা নন্দেন্দনাথ মহাক্বী তুংশিনবা নখেজেল, মপান লৈত্রবা লৌশিং, য়াথল থনবদা চাং-দানিংডাই লৈতং। মমুং ভাবা, হশৈ নোংমাতদা চঙশানব অতু-তনা পুয়নশী মকোক থেংবা, মাংজিন থং। শনা ঙঙবদা অবাবা বান্সুযা থিদ। ক লজ ভিলিবেদা মরাব্রা নোংচুপলোম-গী মহৈ শম্লইনড মহক্কু পুবিংবু অধ্যাত্মিক তত্ত্বী মাইকৈদ-শাদি থক লাপথোকহনব ঙমাখদে। ভামনোমদা মহাক্বা পোক-পদা তাইনবক্লবা মনাচেগী ধর্ম্মবু পাজবা অমম্মুং ধর্ম্ম॥ পাও-ভান বশাগাম কৈ অমহানদা মহাক্কী নিংথাই চাওবগী মশক ও বা অচুন-অশানগী ইনবা শমাদ মহাক্কী মযা থোনবা লৌশিংগী ইশা অঙাী ওওনা লাম্বেংনবদি থক তোক্লমদে। অবাবা অসিবু কোক্লবা মহাক ব্রশ-নমাজগী ম ক তিল্লম্মী। অতুবু নন্দেন্দ্রনথ-গী অমনা ঙঙবদা লাইং "ঈশ্বর লৈত্রা? মাবু উবদ্রা?" হায়বগী ঙাখেলন মখোলনং, ফবা ঙম্নমদে। মসিমক্লা মহাক্কী ভংথদবা শাংবগ অহন ওঙতুনা লৈবম্মী।

লুনবা তঙ্গা অসিদা মহাক্না মহাক্কী ওজা ওয়িল্লিয়াম হাস্তিনা হায়খিবা কলিকতাগী রাংমদা লৈবা দক্ষিনেশ্বরগী সাধু অদুনা ৱার্ডসৱার্থকী "the excursion" হায়বগী 'খুংঙাইবা' অদুবু চাংযেং তৌরি হায়না অদুমক ফংশিংনরম্মী। মহাক্কী মমাকপুপা রামচন্দ্র দত্তনসু মহাকপু সাধু অদুগী মনাক্তা চৎনু হায়না ইন্সিররম্মী। অমুক্না ইং শোক ১৮৮১ দা চাওবা থৱায অনিখক থেংনখি—অমনা অতোপ্পা ভারতকী সন্তনি অমনা মহাক্কী পাও পুবা মীনি। নরেন্দ্রনাথ মহাক্না চিঙ্গি হন্না লৈখিদে—হংজখি 'গুরু, মহাক ঈশ্বর উবরা?' পাওখুম ফংখি—'হোয়, উরে, নঙবু উবগুম, হেন্না ফোইনা তাংনা উশোং।' মতম কুইনদগী নওইনা লাক্লবা মহাক্না মঙ চুমাং অদুদা মইফাওনখি।

নরেন্দ্রনাথ খুনিং অদুদগী রামকৃষ্ণবু থাদোকপা রোইবা লৈখিদে। অদুবু মহাক্না রামকৃষ্ণবু চং য়েংবদি তোকখিদে—অনৌবা মদনা রামকৃষ্ণনা নরেন্দ্রনু। মপানুংনা শোক ১৮৮৪ দা লোখিদ্রবদা নরেন্দ্রনাথকা ইমুং ৱাবগী মপাগ লৈরমদে। অদুনা, 'নঙগী ইমুং মচুংগী ৱারে ফংবগীদমক্তা দক্ষিনেশ্বরদা তাদুম লৈন লৈন কালিগী মঙন খুরুমজো' হায়না রামকৃষ্ণনা নরেন্দ্রবু তাকপিরম্মী। নরেন্দ্রগী ইমুং-মচুংগী ৱারদি শেন্দ মগী ওইরবস্তু, নরেন্দ্র দাদ কালিগী মাঙদ লৌশি অমসুং ভক্তি ফংনা অতোপ্পা নিনা পোকখিদে।

অগ্গা হন্না নরেন্দ্র রামকৃষ্ণদা চঙশিনখে, রামকৃষ্ণগী অনক্তা ওয়রবা জ্ঞানথসু নরেন্দ্রনা ওইখ্রে, নরেন্দ্রগী অমত্তা ওয়বা মপুঙ

রামকৃষ্ণনা ওইখ্রে। রামকৃষ্ণগী লিচীং অমম্তুং ঙাক্লোতনা নরেন্দ্রবু চিংশিনখিবা নত্তে, নরেন্দ্রগী থোইদোক হেন্দোকপা হুংশিবতনা থোইনা হেন্না চিংশিনখিবান; গুরু যীয্য অনিগী তৎনবা য়াদ্রবা মরীনি।

রামকৃষ্ণনা নারক্লবদা কোশিপুরদা হোংলক্লবদা মহাক্কী অয়োবী গুরু সেবাগী পরীক্ষা লৌখি। মতম অতুমক্কি মহাক্কী থম্মোয়দা অশেংবা ধর্ম্মগী মৈনা মথৈ ফংনা চাকখিব। অমম্তুং মশাগী তৌফ-ত্রবা মথৌ কয়ানা তক্লা পুনখিবা; গুরুনম্তু মহাক্কী যীয্য মচা-শিংবু নরেন্দ্রগী ভুং ইকলহনবগী পুদোংচাবা তাঞ্জাম্তু ফংখি।

নোংমা নরেন্দ্রনা রামকৃষ্ণদা হায়জখি, "ঐবু নির্বিকল্প সমাধি ফংহনবিয়ু"। শ্রীরামকৃষ্ণনা হাযখি, "ইকাইবিবেদা! ঐনদি নঙবু মথোঙ্নাঙগুম চাওখৎলক্কনি, পৃথিবিগী, অরা-অনা পুম্বগী চঙক্কফম ওইগনি নাঙগী অতবু, ঐনা উরে, নঙদি নশাগীতা য়েংবা ওইবক্লে।" অদুম্নক, গুরুনা নরেন্দ্রবু মহাক্কী মপুং ফাব চাংয়েং কয়াগী মপুং ফাদ্রিবৈ, পোকপগী মথৌ পাঙদ্রিবৈ ঈশ্বরগী থোঙ অতু হাংদোকপা ওইথোক্লোই খল্লবম্তু নরেন্দ্রগী ফংনিংবগী চাংদি থক হম্বরমদে। হৌজিক রামকৃষ্ণ মহাক্কী অরোইবা মহাসমাধি চঙগদবা মতম য়োরক্লে। মুমিৎ নিনি-তুম্নিগী মমাংদা নোংমা নরেন্দ্রনাথপু কৌরগা হায়খি, "ঙসি ঐনা নঙোন্দা শিন্নরিবা শক্তি অসিতনা নঙনা অচৌবা থবক কয়া পাঙথোকপা ঙমজৌ" অম্মুন্না মহাক্কী শক্তি পুম্বা নরেন্দ্রনাত্তা শিন্নবগা শ্রীরামকৃষ্ণ শোক ১৮৮৬ কী অগষ্টকী তাং ১৬ তা সংসার থাদোক্তুনা অথোইবা মাগী মফমদা চঙজখি।

গুরুনা থাদোকপিরম্লবদা নহা ওইরিবা মীন্য কয়া নরেন্দ্রগী লিচীং মথাদা মল্লবা কীস্থববা বরানগরগী য়ুমদা পূনখি। পুন্সিগী ময়ায়দা অকনবা শাফুগা, তপ্সিববা সাধনাগ লোইননা শ্রীরামকৃষ্ণনা থোঙ্গচ্ছরম্বা মচিন-মনাও ওইবগী য়ুম্ফমবু লৈতানবা লাক্কজখি। শোক ১৮৮৬ কী লোইবমদায়দা নরেন্দ্রনা নৌরিবা মনাওশিং পুম্নমকপু পুরগ্রনা অন্তপুর তাম্না চৎখি। মফম অদুদা, ডিসেম্বর ২৪ গী অহিংদা, অহাঙব লমপাক্ত কোয়না ফম, মৈ-ন চাওনা ঙঙনা থা, অরোইবা সন্ন্যাসকী ৱাশক লৌখি। বরানগরগী পুন্সিদি লুঙাইবা, নৈনবা অমদি সাধনাগী থৌরমনা মপুং ওইখি।

অমুম্না সন্ন্যাসী ওইগ্রবা নরেন্দ্রনা মচিন-মনাও পুম্নমক্কা মফম মফমদা কোয়না চত্তুনা লৈনক্লবদা তঙাই ফদবা অনীংবা লিচীং মথাদা পুম্নমকপু থাদোক্লম্লগা ১৮৯০ দগীদি মতোমতা শক-খঙদবা চাক্লিবা ওইদুনা চচ্চবা হৌরক্লে। মহাক্না মহাক্কী মিগিং তোঙান তোঙান থোক্লতুনা মশাবু মশক লোতুনা ভারতবর্ষ থুংনা মহাও তংবা হৌরক্লে। ভারতকী সন্ন্যাসী কয়ানা অরান খুভম ফংনবা অচীকপতবু থিবা, মতুগাত, পেঞ্জবা হৌনশানি। নরেন্দ্রনাথসু মতুবু করম কাওথোক্কনি? মহাক্কী অনীংববু পাঙ-থোক্লীংবা, ফংনীংবগী মৈরীনা বানা চাকথৎলক, খাঙবদা বারব নরেন্দ্রনাথ খোইনা শেংলবা বরানসী তাম্না চৎগ্রে। মথংদা লক্ষ্নৌ, আগ্রা, ব্রিন্দাবন, হথ্রাস অমসুং হৃষীকেষ মতুংদা অমুক মতম থর বরানগরদা হল্লকখি। হথ্রাস্তা মহাক্না সরতচন্দ্র গুপ্তগা থেংনখি, মহাক্কী অহানবা যীষ্যমি। তুংদা স্বামী সদানন্দ হায়না

খংনেখি। সরত গুপ্ত অহানবদা হথ্রাস রেলয়ে ষ্টেসনগী থবক মচা অমা ওৈরম্মী। নরেন্দ্রনাথকা থেংনবদগী থবক থাদোক্লগা নরেনগী তুং ইত্তখি অমসুং গুরুগী থবক থৌদাংখি।

ইং চুমজা ১৮৯০ দা ইমা সারদা দেবীনা রামকৃষ্ণগী সেবক-শিংবু য়েংশিনবিথৌরবনা মহাক্না লোইরমকুগী বিদায লৌজরগা মশামক অচীকপা থিজনা, গুরুগী অচিনব থবক, শিন্নবিনদগী মশাবু কোমথোবচহনবা ওমজখি। মহাক্না অথাং ভারতকী চেথাক নযাদা কোয়না চত্তবনা মতুংদা থা পাংলক্কুনা বননা কুমারী থেজখি। কুমারী ইমাগী লাইশাংনুংদা মাংকুগ। মোমা ইমাগী মূর্ত্তি দর্শন ফংজনবদা মহাকী থম্মোয়গী দুখ লাবনখ গী মখল নাং থাংদোক্তুনা তাপখি। অমসুং মতুং পারেংথংক্ক হানা চত্নুংনা লেপথি। নোংচুপলোমগী মতেং লৌদগা অহা অনং ফংলনা ভারত বারসীশিংবু থেংনবা থাঙ্গুনা পুসিনী থাংনেপ অমা তেল্লগা অংনা তৌদুনা রামেশ্বরম্, মন্দ্রাজগী মথংদা মদ্রাস তমা চৎখি। মফম অদুদা তারোন কাংলুপ অমনা মহাকপু থৌশাংনা ওংচনা লৌরম্মী। মহাক্না থোয়দনা আমেরিকাগী চীকাগোদা ওোগদোক্লিবা ধর্ম্ম মহা সভা য়াওনিংবগা অপাঙ্গা লোং দাক্লম্মী। মহাকী সেবকশিংনা মতম্নামক রেলপাজনা লেপ্পচিংনা থাজনবা হৌখি। অদুবু মাদোংদদি লানফম অমা থোক্লে--অমরেমদা ধর্ম্ম মহাসভা য়াও-রুনবা থরচগী শেন পুংসনবা অমগোমদা মতুগী শেন অদুমা লাইর-অনংদা হেত্তবাত্তবিনা। অদুগু রামকৃষ্ণনা মহাকী মমঙদা লাক্লগা সমুদ্র ওম্না চৎখিজনা মহাকপু লাও ইকুং ইল্লকউ মতাগুম খুৎ থংন

মহাসভা ফমগদবা মতম নকসিল্লক্লবদা স্বামী চীকাগোদা অমুক হল্লক্লম্মী। অদুবু খুদোংথীবদি লোইত্রি—মহাসভাগী চঙফম অমদি মরুওইনা নোংপোক্লোমগী মীহুৎশিংবু হুংশিনা চাম্ম তৌবি-গদবা থোঙ অমা মাঙখরে। অশুম্বা ককণ্ডাওননা অহিং অমা বলরেগী অচৌবা উপু অমগী মখুংদা ভারতকী মণি অমা লেনখি। লাং ঙাল্লবদা স্বামী থোরক্তুনা মতেং অমত্তং যাংনবা যেংজখি অহুবু কদায! কুচু মুর মীগীদমক মতৌ ফংব মকমত্রদা তবাইবা নাত্ত। নীংব কাগনা সনক্কী চিদায়দা ফমজনা অকনবা ঙৈইনগা লোইননা মতেং ফংব ওয়জখি। মতম খংগী মতুংদা কৈখঙ্ খঙহৌদনা মাইযোক্লবা ফজবগা দলান অমুদগী হুপা অমা লেংন মৌন থোরক্লগা স্বামীগী মাইকৈ তম্না চংশিনক্ল্লম্মী অমসুং মতেং পীগে হায়বিরক্লম্মী। মহাক অহু কনা না..., হু... নিংগিম হেলগী হুপীনি। হেলগী ইমুং অসি স্বামীগী ভুক্ত। ওইরা আমেরিকাগী অরেপ্পা থুংযম-লৈফম ওইখি। অদুগা হেল ইমুংসু স্বামীগী অচানব সেবক ওইখি।

ধর্ম্ম মহাসভা শোক ১৮৯৩ গী সেপ্তেম্বর তাং ১১ দা হৌদোকখি। চাওরবা, লৈবাক্তুগী লৈহিশিংদা মগাংবু ফোঙদোক্তুনা শাবর, নিংথিজবদা মপা লৈত্রবা বলহিয়া হোললি; মখুংদা মী তলশিং তনেং ফম্বা চনবানি। অহুগুম্বা শংদোও অহুগী মযোল ওইবা গ্রেট ফোর্ম্ম অক্তগী মথক্তা মহাসভাগী সভাপতি কাডিনেল গিবন্স ফম্লি, মহাক্কী নাক-যেংনা মাইকৈ পুদিংদগী, পৃথিবীগী কাচিন কাচিন্দগী থঙ-হৈরবা ধর্ম্ম মীহুৎ কযানা পাক শন্না ফম্লি। স্বামী

সভান ফম্বা হৌগ্রবা মতুং থর কোন্না সভাদা চঙলকখি। স্বামী অহুগুম্না পুনবা সভা অমস্তদা রা ঙাঙজবা লৈখিদ্রে। মহাক্কী তশেংনমক মীপাইথবে, পাখংথরে। মহাক্কা পালি লাক্লবদা তপ্না হৌগচ্চরক্লগা থম্মোয়হুংদা স্বরস্বতিবু নীংশিংজবগা ঈংনা অস্তুম হায়না মহাক্কী ভাষণ হৌরকখি—"আমেরিকাগী ইচল-ইচেশিং, ইচিন-ইনাওশিং!" ইথঙ খঙহৌদে, খুদক অহুমক্তদা মায়কৈ খুদিংদগী, ফূইনা হৌবা নোংনা নোংখোং ফূইবগুম, খুবাক খুহুনা লাও খোংলহুনা মীপূম তিংন', ভাবক খুদিংমক্না অথাক অবাও তাবগুম্ন নীনখি—লোইখিদে—পূন্ন চঙখি মীনিট অনিমক, স্বামীগী ভাষণ মতম। মা লিশিং তরেৎনা মথোঙনা লেপথত্তুনা অমুক্তা উখিদ্রিবা খঙখিদ্রিবা অমবু খঙহৌরগে উহৌরগে তান্নবগুম তৌখি। মহাক্কী চন্নবা রাহৈ, শেংলবা মৈ না চাক্লিবা থম্মোয়দগী থোরকপা মশাগী ওইবা, তানবা ফংলরোইদৌবা মপুঙ ফাবগী মতৌ, লংলবা মাইথোঙদা ব্রহ্মচারীগী মঙান, কোমলারংগী চাওরবা কোইয়েৎ ফুমহুনা তুমিন্না লৈবা য়াখিদ্রে। থোরক্লে মথং হুমিৎকী চেক্ষোংদা মহাসভাগী খাইদগী চাওরবা মীশক অমা ওইনা। চন্নবা মশক খঙদবা নোল্লুক্না চারিজবা নুপা অহু ঙসি মীকুপ্তা হুমিৎকুম তোমথিন ঙানখ্রে।

মহাসভাদা স্বামীগী ভাষণ খুদিংমক য়ান্না থাগৎপগা লোইননা ইকাই খুম্ননা, পুক্লিং চঙনা তানখি। মথোয় খুদিংমক মান্নবা থাক্তা রা ঙাঙনখি—সংসারগী ওইবনি; মীহুৎ খুদিংনা ঙাংখিবা, মশা মশাগী ওইবা ধর্ম্মগী রানি অহুবু স্বামীনা ঙাংখিবা রাদি

তাইবঙপানগী ওইবনি, অতিয়াগুম্না পাকচাওবনি সমুত্রগুম্না লুবনি। ধর্ম্ম মহাসভাদি লোইরবদা তুমীন লৈপ্রে। অতুবু স্বামীগীদি তুমিন লৈব অত্ত মাঙপ্রে। আমেরিকাগী মফম খুদিংদা অরেপ অথম লৈতনা ভাষণ পীবনা মহাক্কী মথৌ ওইপ্রে। কাংলুপ অমগা লোইননা ভাষণ পীব চৎপনা ভাষণগী সভাযাত্রা ওনপ্রে। মহাক্কী থিজিনবগী অয়োৌবী শুঙাইজবম্ন ফংপ্রে। নোংচুপলোমগী চৎনবী পুম্বা নীংথিনা শকথঙনখি। হৌজিক স্বামীনা সেবক-শাখা কয়া থোমজিল্লগা অনৌবা ধর্ম্ম স্কুল লিংখৎপ্রে; তম্বীবা হৌপ্রে, লেম্না তম্বীবনি পূক্লিং চঙব ছাত্রগীদমক্কি। অম্ন্না স্বামী আমেরিকাদা শোক ১৮৯৬ কী ডিসেম্বর থা ফাওব লৈরম্মী। মফম অতুদা মহাক্কী সেবক ওইখিবশিংগী মনুংদা কেপ্টেন্ট অমম্সুং সেবিয়রগী মুপী, সিষ্টর নিবেদিতা অমম্সুং ইঃ তিঃ ষ্টর্ডিনা মরু ওইবনি। নিউয়োর্ক্কা জেঃ জেঃ গুডউইনদি হাম্নমা ওইপ্রবনি। অম্ন্না আমেরিকা অনদি লণ্ডন্দ, থোমচৎ অসিদা, পাঙথোকপা য়াব পুম্নমক পাঙথোক্লম্লগ, বেদান্ত স্কুল কয়া লিংখৎলম্লগ, ১৮৯৬ কী অয়োইবদা ভারত পাংলকখি। মহাক্কী থবক পুননবা সেবক সরদানন্দ অমম্সুং অভেদানন্দ অনিবু আমেরিকাদ থম্লম্মী।

রোম ইটালীগী মফম কয়ামুক কোইরুরব মতুংদা স্বামী শোক ১৮৯৬ কী ডিসেম্বর তাং ৩০ দা সেবিয়র্স অমম্সুং মিঃ গুডউইনগা লোইননা ভারতকীদমক নেপলদগী জহাজ তোংলকখি। মথোয়না কোলম্বোদা জন্নুয়ারী ১৫ শোক ১৮৯৭ তা থুংলখি। স্বামীনা ভারত্তা হল্লকপগী পাও অসী হাম্নমা ভারতবাসী পুম্নমক্না তারম্লে।

হৌজিক মহাক শকখঙদবা সন্ন্যাসী অমু নত্রে। পীকপ চাওব সহব খুদিংদা মহাকপু ওক্লবা কমিটি কয়া সেমক্লনা হোৎনরম্মী। মহাক্ল মহাক্কী পাওজেল্দা অস্নুমনা হনবিখি— "ঐগী সুংশিজ্জরব ভারতবাসী পুম্নমক, হৌগৎলো! কদায়দা চৎপ্রে নখোয়গী থৌনা! নখোয়গী লোমনাইত্রবা থম্মোয়গী! হৌজিক রাম, সিব, কৃষ্ণগী লৈবাক্কী লোইনাইত্রবা অথৌবা থৱায়না নরৈবাক্তা লানগীদমক খেং-শাল্লক্লে।" মদ্রাস্তা মহাক্লা মিটিন অমদা ৱা ঙাঙবদা অস্নুমনা হাযখি,—"ইশৈগী যন্ত্রদা য়াওরিবা পদারশি, তাইবঙ পুন্সিদদি ধর্ম্মনি। পৃথিবী পুম্বগী অমতা ওইবা অপূনব শক্তি অমুবু ধর্ম্মনা তাকই।" অস্নুম্না ভাষণ অমুদা মহাক্লা ধর্ম্ম তত্ত্ব কয়ামক্লম অমস্নুং নোংচুপ্লোমগী মীৎতাংবগী মথাক্ত অরীব অন্ধবিশ্বাস অমস্নুং মখোয়গী জাতী ভেদকী চৎনবী কয়াবু আলোচনা তৌমুনা ঙাঙখি।

মদ্রাস্তগী কলিকতাদা মহাক ফেব্রুৱারী ২০ দা থুংলখি। মহাক্কী পোক্লফম লমদম্না মহাকপু হরাও তয়াম্না ওক্কচবম্মী। মফম অসীদা স্বামীনা মাগী গুরুবু হম্না হম্না থাগচ্চরমুনা অস্নুম্না হায়বিখি "কবিগুম্না ঐঙে'ন্দা অঙম্বা অমু লৈরব, ৱাথম্না ৱাহৈনা, থবক্লা, মমুমক্লা পৃথিবীগী কাম্নগদবা লৈরবদি ঐহাক মমুগীদমক নীংহম্নজ-বোই, মমুমক মহাক্কীনি। ঐগী ইরৈবাক্লা মীথোইনীংজবা ঐগী ৱা তাবিয়ু, মমুনা মহাকপু নীংশিংবিবা ওইগনি।'

স্বামীনা মহাক্কী থবক মপু ফানা সেমগৎনবা মহাক্কী সেবকশিং অমস্নুং ধর্ম্ম সংস্থান পুম্নমকপু কৌখৎলগা বলরাম বোসকী য়ুমদা পুলম্মী। অমস্নুং রামকৃষ্ণ মিশনবু শোক ১৮৯৭ কী মে তাং ১

দা লিংখৎখি। মিশন অসিদা স্বামীনা লৌংখচ্চরম্বা পন্থ ংদি ভশেং-নমক্ অশেংবা অমম্বুং মীওইবগী ধর্ম্মবু ঙাক সেনবনি। মহাক্না মহাক্কী রাখন্দু শিজিন্নবা যন্ত্র অত্তুমক মহাক্না হৌদোকচরম্মী।

মে ১৮৯৮ দা কলিকতাদা প্লেগ শন্দোরক্লবদা স্বামী অমম্বুং অমম্বুং মাগী সেবক কয়াগ অরা-অনা কয়াগী সেবা তৌরম্লগা লাইচৎ অত্তুনা হম্বপ্রবদা স্বামী অমম্বুং নোংচুপলোমগী সেবকশিং, মরূ ওইবদি সিষ্টর নিবেদিতাগ নাইনিতাল, অলমোরা, কাশ্মীর অমম্বুং অমরনাথনচিংবদা কোয়না চৎলম্মী। আগষ্টকী তাং ২দা, স্বামীনা কৌপিন্তা থোল্লগা হকচাং পুম্বা বিভূতী তৈরগা, মঙাম্না হুমিংকুম ঙাম্বোক্তুনা অমরনাথকী গুরুংদা চঙখি। মতাং অসিদা মহাক্না অমুক্তা হায়খিদ্রিবা রা হায়বিথি মত্তুদি মহাক্কী মমাঙমক্তদা ভগবান সিবনা শংশং উৎপিথি হায়বসিনি। মতুংদা মহাক মতোমতা 'ইমা' গী মন্দির 'কশির ভবানী' দা লেংশিনথি। মফম অত্তুদা মহাক্না ইমাগা নৈনখিবা অচেৎপা মরী মহাক্কী কবীতাগী মচেৎ অসিনা ফোঙদোকই।

> ' It all come true,
> Every word of it ;
> And I have proved it ;
> For I have hugged the form of death.

কলিকতাদা ওক্তোবর তাং ১৮ দা থুংলরবদদি স্বামীগী হক-চাং শোকচীনখ্রে। অত্তুবু থবক্তগী পোখ্বাবদি থক তৌখিদে। বেলুরদ' লম মচেৎ অমা লৌরগা ধর্ম্মাশ্রম অমা শেমখি। মসিবু বেলুর মঠ হায়না কাওরি। নিবেবিতা গার্লস স্কুলম্বু লিংথৎখি।

বেঙ্গলীদা ফোংবা থাগী চেফেং 'উদ্বোধন' হৌদোকখি। মতম কুইনা মঙলক্লবা স্বামীগী মঙ, হিমালয়গী চীঙখোঙদা আশ্রম অমত্তং শাব হায়বা অহু Mr. Seviers না মায়াবতিদা অদ্বৈতা আশ্রম লিংখত্তুনা মঙফাওনহনখি। ১৮৯৯ গী মার্চ থাদ আশ্রম অসিবু শঙ্গাখি। মত্রাস্তা 'প্রবোদ্ধ-ভারত' হায়বা ইংরাজী চেফোংনা, সম্পাদক লৈখিদবনা মরম ওইহুনা ফোংব ঙমত্রবদা ময়াবতিদা হোংলকখি। অহুবু স্বামীগী হকচাংনা ফৎচিল্লকত্রবদা নোংচুপ্লোমগী খোংচৎ অমুক হন্বনা হকচাংস্থু থর ফগৎকত্রা হায়না নীংখি। মচা মনাইশিংনস্থু য়ারবদা স্বামী ১৮৯৯ গী জুন ২০ দা স্বামী তুরিয়ানন্দ অমস্থুং সিষ্টর নিবেদিতাগা লোয়ননা লণ্ডন্দগীদমক্তা ভারত থাদোকখি।

জুলাই ৩১ দা লণ্ডন্দ থুংখি। খোংচৎ অহুনা স্বামীগী হকচাংদা য়াম্না কান্নখি। লণ্ডন্দ চয়োল অনী লৈরবা মতুংদা স্বামীনা লোস এঞ্জেলেস, ওকলেণ্ড, সান ফ্রান্সিস্কো অমস্থুং চীকাগো অমস্থুং ডেট্রোইটনচিংবা মফম কয়াদা কোয়রুই। হৌজিক স্বামীদা নোংচুপ অমস্থুং নোংপোক্কী অকন্বা মরী অমা ফাওরম্মী। মহাক্না নিবেদিতাদা হায়খি, "নোংচুপলোমগী চৎনবী অসি নোকপগী গোন্থাং য়ৈবগুম্বনি মতুংদদি তেংথানিঙাইনি; অবোইবদা হিক্না কপ্পতনা মথৌ ওইগনি। অহুগা ভারতকীদি মপান্দা অরাবনি অমস্থুং চময়বনি অহুবু মতুংদদি মশাগী য়েংদবা অমস্থুং হরাও ত্তয়াম-বনি।" "নোংচুপ্না মপাম্মোংবু জয় তৌনবা লাক্লে, নোংপোক্না থম্মোয়বু জয় তৌনবা, অহুনা নোংপোক অমস্থুং নোংচুপ অনীমক

পূম্না খুৎশম্ননা চৎমিম্নবা তাবনি, অদুবু মশা মশাগী হৈনবী অহুবুদি থক মাঙহনফরোই। নোংচুপ্পা নোংপোক্কী তমগনি, নোংপোক্কম্মু নোংচুপ্তুগী তমগনি। তশেংনমক ফীরেপ অনীশিমম্না পূনশিল্লবতদা অপূম্বা হায়বহু তুংদা ওইরকনি। মতম অদুদা নোংপোক হায়ব অমা নোংচুপ হায়ব অমা তোপ্পা লৈররোই; 'মীওইবা' হায়বা অমত্তমক লৈবগনি।"

থোঙচৎ অসিদা স্বামীনা অল্লাং থংবা কালিফোর্নিয়াদা শান্তি আশ্রম লিংথত্তুনা স্বামী টুরিয়ানন্দবু থবক পুহনখি। সান ফ্রান্সিস্কোদা বেদান্ত স্কুল অমা লিংথৎলম্মী। মফম অসিদা স্বামীনা ভাষণ কয়ামরুম পীবিরম্মী। অদুবু স্বামীনা মহাক্কী অরোইবা মতম নকসিল্লক্লে হায়বা খঙথিবম্মী। মহাক্না মিস মেকলেওডতা ইথি, "ঐগী হি অসি য়ৌগ্রবদা অমুক মথা হোম্বা য়াররোইদবা বন্দর অদু য়ৌশিল্লক্লে।"

১৯০০ গী আগষ্ট ১ দা পেরিস্তা ধর্ম্মগী ইতিহাস কৌবা সভা য়াওনবা চৎলুই। পেরিস্তগী হঙ্গেরী, রুমানিয়া, সাইবেরিযা অমসুং বুলগেরিয়ানচিংবা চৎলুবগা কোষ্টানটিনোপলদা থুংখি। মতু দা এথেন্স অমসুং কাইরো য়ৌখি। কাইরো য়ৌবদগীদি ভারত্তা হল্লিংবগী অকম্বা চৈফুনা স্বামী তপথরমদে। অদুনা ইথঙ খঙহৌদনা কনাদগু মাঙজৌনবা পাও পীদনা ১৯০০ গী ডিসেম্বর ৯ দা বেলুর মঠদা থুংলখি। লোইনমক ঙকখি অদুবু মুঙাইনখি।

ভারত্তা হল্লক্লবদা স্বামীনা মঠদা লৈদুনা আশ্রমগী থবক কয়া শীল্লম্মী। মহুগা লোয়নননা নোংপোক থংবা ভারতকী তীর্থ কয়া-মরুমদা কোয়ন কোয়ন চত্তুনা মহাক্কী অরোইবা মতম ঙাইরম্মী।

মহাক্কী অরোইবা মতম নকসিল্লক্লে হায়বা স্বামীনা খঙজখি। মহাক্কী অরোইবা হুমিৎশিংদা তৌরম্বা থবকশিংদি য়াম্না চেকশিন্না খল্লবা অমদি অর্থ লৈবা ঙক্কা ওইখি। মহাক্না হায়রম্মী, "পাম্বী মচানা অচৌবগী মখাদা হৌবা ঙমদে।" ১৯০২ গী জুলাই ৪ গী অয়ুক পুং ৮ দগী ১১ তাব ফাওব হান্নগা মান্নদনা স্বামী সমাধিদা লুপ্লম্মী। হুংখিনগী মতমদা মহাক্না স্বামী প্রেমানন্দগা কোই-থোক্লম্মী অমসুং মহাক্কী থৌরম কয়া তাকপিরম্মী। বেদান্ত স্কুল লিংথৎনীংবগী আশাবু ফোংদোকপিরম্মী। হুমিদাংৱাইদা স্বামী মহাক্কী কাদ পোথারম্মী অমসুং পুং ১ গী মতম সমাধিদা লৈরম্মী। মহুদগী মহাক হিপথপ্রে, তুমিন্না লৈপ্রে অমসুং মতম থরগী মতুংদা শাংলবা শ্বর অনীরক্তুং হোল্লম্নগা অরোইবা ওইনা পোথাবা ফংখি।

মহাক্কী মাঙব নাইবা হকচাংদি মাঙপ্রে অদুবু মহাক্কী ৱাহৈ-শিংদি লেঙবনা হিংদুনা লৈহৌরে। Mr. Eric Hammond দা স্বামীনা শোক ১৮৯৬ তা লণ্ডন্দা হায়বিরম্মী। "ঐনা ঐগী হকচাংবুদি মল্লবা ফীজোন ল থোকপগুম্না লংথোকপ্রবস্থ ঐনা ঐগী থবকপুদি থক থাদোকলোই। পৃথিবী পুম্বনা ঈশ্বর হায়বসি অমত্তনি হায়বা খঙজিমথৈ মক্কম পুম্বগী মীপুম তিংনা হায়খিগনি।"

---

# ২। চীকাগোদা পীখিবা ভাষণ

## ( সেপ্তেম্বর ১১, ১৮৯৩ )

## অহানবা নুমিৎ

( ধর্ম্ম মহাসভাগী থৌরম থর হৌগ্রবা মতুংদা স্বামী বিবেকানন্দ সভাদা চঙলকখি। মহাক্কী পালি তারবদা স্বামীনা ইংনা তপ্না পুক্নিংদা স্বরস্বতিবু নিংশিংজহনা অম্বুন্না হৌরকখি, "আমেরিকাগী ইচন ইচেশিং, ইচিন ইনাওশিং।" মহু তাবদা ভাবক খুদিংমক অঙকপা খোল্লাওগা লোইননা খুবাক খুহনা থাগৎলকখি; নিন খোংবনা মিনিট কয়া হৌগ্রবা মতুংদা স্বামীনা থাগৎপিরকপগী পাওখুম ওইনা ঃ)

"অম্বুন্না থম্মোয় য়াওনা অমম্বুং হুংশিনা ঐখোয় পুন্নমকপু ময়ান্না ওকপিরম্বগীদমক ঐহাক্কী থম্মোয অসি হুংডাইবনা মকা লান্না শাৎকাইগ্রে। স সাবগী কুইগ্রবা মহর্ষিশিংগী মিংদা ঐনা ময়াম্বু থাগচ্চরি; অমদি ধর্ম্ম পুন্নমক্কী মনা-মশক ওইরবী হিন্দু ধর্ম্ম অমম্বুং তোঙান তোঙাম্বা কাংলুপ কয়াগী হিন্দু লাক্ষ কড়োড় কয়াগী মাইকৈদগী থাগচ্চরি।

অসিগুম্বা সভা ময়ায অসিগী নোংপোক মীহুৎশিংনা মখোয়গী থাপ্লবা দেশকী অথাং কম্বা পুম্বগী রাখনবু ফোংদোকচনবগীদমক্তা মিংচৎ অমম্বুং চাওথোকচবগী অধিকার লৈহন্নবা রাক্ষমবু হৌদোক-পিরিবা ( ডাংবিরিবা ) অক্ষবা মীওইশিংবুগু ঐনা থাগচ্চরি। সংসারবু অথাঙকম্বা অমদি ধর্ম্ম পুম্ববু মান্নবা চাংদা পুন্নকপগী পাওতাক পীবিরিবা ধর্ম্মগী মথা পোঞ্জবগী ঐনা চাওথোকচৈ।

ঐখোয় পূম্বনা ধর্ম্ম পূম্বগা শুম্নগা অথাঙকন্বা অতূগীদমক্তা থাজবা পোকচদে। মহুত্তা ধর্ম্ম পূম্ববু অশেংবনি হায়না লৌজে।

ঐনা অদোম্বু অসি হায়জবতুনা চাওথোকচনীংঙী মতুদি ঐহাক ধর্ম্ম অতূগী শেংলব লোন সংস্কৃত্তা অংগ্রেজী লোনগী Exclusion হায়ব ৱাহৈ অতূগা মান্নবা ৱাহৈ অমত্তা য়াওদবা ধর্ম্ম অতূগী পাওপুব মোনি। অতুগুম্বা দেশ অতূগী মীওই অমা ওইবগীদমক ঐহাক্না চাওথোকচরি মতুদি মহাক্না চঙজরক্লবা পৃথিবীগী অন্না-অনা অমস্মুং জাতিশিং পুম্নমকপু অমদি তোঙান তোঙাম্বা ধর্ম্মগী মথা পোম্বশিংবু চঙজফম পীবিরিবা। ঐহাক্না মসি হায়তুনা নাপন ভৌজনীংঙী মতুদি রোম জাতিশিংনা যিহুদীশিংগী শেংলবা মন্দিব কয়া থুগাইতুনা ওৎপীবদগী উফুল্লক্তা তিলহনবিথিবা চহি অতুমক্তদা তোল্লবা যিহুদী থবনা চঙজফম নিজনবা খা ভারত্তা লাক্লবদা ঐখোয়গী জাতিনা মখোয়বু মথাক্তুংদা কোন্দুনা চঙজফম পীথি। অতুগুম্বা ধর্ম্ম অতূদা পোকচবা ক বগীদমক ঐনা চাওথোকচৈ মতুদি মহাক্না পার্সিয়া জাতিবু কনবিথি অমস্মুং হৌজিক ফাওবা কোনবীবি। ইচিন ইনাওশা! নখোয় পূম্নমকপু ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী শকচরকপা অমস্মুং মী লিশিং-লক্ষানা তুমিৎ খুদিংগী শক্লরিবা স্তোত্র অমবু তাহনজনীংঙী—

রুচিনাং বৈচিত্র্যাদৃজুকুটিলনানাপথজুষাম্।
নৃণামেকো গম্যস্ত্বমসি পয়সামর্ণব ইব॥

—'তোঙান তোঙাম্ব তুরেনশিংনা তোঙান তোঙাম্বা মরূদগী হৌরগা সমুদ্রদা পুল্লপ তিল্লবগুম্না প্রভু! তোঙান তোঙাম্ব লমচৎকী

মতুং ইন্না তোঙান তোঙান্না থেন্না খোয়না নত্ত্রগা অচুম্বা লম্বী চৎপা মীপুম থুদিংমক মমৈদা নঙোন্দা লাক্নুনা তিনৈ।'

সভা অসি হৌজিক ফাওবদা তৌখ্রিবা অথোইবা সভাশিংগী মমুংদা অমনি। জগৎ অসিগীদমক গীতানা অম্মুম্বা অঙকপা পাওতাক্কী খোল্লাও অমম্মুং পাওজেল পীবি, মতুনা ঐথোয়দা তাক্লি—

যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্ ।
মম বর্ত্মানুবর্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ সর্ব্বশঃ ॥

—'ঐগী মায়কৈদ' লাকপা মহাক্ করিগুম্বা মওং অমদা ওইসনু— ঐনা মাবু ওকই। মীশিংনা তোঙান তোঙান্বা লম্বীদগী হোৎনজরবস্যু মমৈদদি ঐগী মায়কৈদা লাকই।'

ওম্বাং ওস্সিন তৌবা, চিংনগম্বা অমস্তুং মতুদগী পোকপা অকীব ফংলবা ধর্ম্ম-চৎপা কয়ানা ফজরবা পৃথিবী অসিবু মতম কয়াদগী পান্দুনা লাকখ্রে। মথোয়গী তমথিরবা অত্যাচারনা পৃথিবী অসি থনখ্রে, মথোয়না কয়ারক হন্না পৃথিবী অসিবু মীগী ঈ-না চোৎহনখ্রে, সভ্যতা পূম্বা মাঙহনখ্রে, জাতি পুম্ববু মাঙ-তাকহনখ্রে। করিগুম্বা মতুম্না থোক্রমদ্রবদি মীওইবা জাতি অসি ঙসিগী ফিভম অসিদগী কয়া রাংবা থাক অমা য়ৌরমগদবনো ! হৌজিক মথোয়গীস্যু মতম লাক্লে, অতুগা ঐনা মপুং ফানস্যু থাজে মতুদি ঙসিগী অয়ুক্তা সভা অসিগী ইকাই খুম্নবগীদমক য়ৈথিবা পুংখোন অত্তমক্না মীহাৎপশিং, থাংশাং নত্রগা কলমগী পাঙম্না তৌরম্বা অত্যাচার খুদিংমক অমদি মাইকৈ অমত্তুদা চিংশিনগদগী হোৎনরম্বা মীশিংগী মরক্তা লৈবা নুংশিনদবশিংগী অশি-পাওজেন শোইদনমক ওইরগনি।

# মণ্ডানীগুবা ন্থমিৎ

## ( সেপ্তেম্বর ১৫, ১৮৯৩ )

( সেপ্তেম্বর ১৫, ইরাই হুমিৎকী হুমিৎযুংবা মতুংদদি ধর্ম্মসভাগী মণ্ডানীগুবা অধিবেষণগী মতমদা তোঙান তোঙাম্বা ধর্ম্ম চৎপা কাংলুপ্না মশা মশাগী ধর্ম্মবু অথোইবনি হায়নবগীদমক্তা অমগা অমগা চিন্দা পাওদানহ্নবা চরাঙনখি। মমৈথংদা স্বামীনা মথাগী রারী মচা অসি তাহন্দুনা তপথহনখি। )

ঐহাক ময়াম পুম্নমকপু রারী মচা অমত্তং তাহল্লরি। হৌজিক্তা মহাক্কী ব্যাখান লোইশিনথ্রিবা মহোদয়না মহাক্কী অবোইবদা হায়খিবহ্ময়াম্না তাবিবমগনি, 'লাও, ঐথোয়পুম্বা, অমনা অমবু ফত্তে হায়নবা তোক্লসি', মহাক্না মহাক্কী রাহৈদা য়াম্না কন্না হায়নীংবদি, করিগী ময়াম মবক্তা, মতম পুম্বদা অম্মুক য়াম্না মত্ত থেৎনরিবনো?

তৌইগুম্বসুং ঐ খণ্ডী অহ্নবা রারী অসি লীজগদৌরিবনি, মসিমক ময়ামগী মরক্তা চিন্দা পাওদানরিবহ্নগী মরম কোক্কনি থল্লি। কুঁহা অমদা মতম কুইনদগী হঙোই অমথক লৈরম্মী। মহাক মফম অহ্নদা পোকপনি, মফম অহ্নদা য়োক থাক্তুনা লৈজরকই। অহ্নমকপু হঙোই অহ্ন পীক্তি পীক্লম্মী। হোয়, হৌজিক মতমগী চাওখৎপশিংসি মতমহ্নদা লৈরমদে, অহ্নবা হঙোইহ্নগী মমীৎ পাল্লি পান্দে হায়বদি হায়রমদ্রে অহ্নবু মতাং অসিদা রারীগী ওইনা হঙোই অহ্ন মমীৎ পাল্লম্মী অমসুং মহাক হুমিৎ খুদিংগী য়াম্না কন্না নোমহ্নবা ঈশিংগী পীক্লবা জীবশিংবু কাহ্নবা চাজবনা ঈশিংহ্নবু লুনা থমজরম্মী মহৃদি

হৌজিক্কী মহিক মাঙহন্বা অথঙবশিংবু মীংচৎ লৈহল্লম্মী। ফরে, অম্মুন্না তপ্না তপ্না হঙোই অত্থ কুঁহা মন্থুংদা লৈনা লৈনা নোই পেনখ্রে; তৌন-তৌন, নোংমদি সমুদ্রদা লৈবা হঙোই অমা লাক্তুনা কুঁহা মন্থুং অত্থদা তাসনখ্রে।

"নঙ কদাযদগী লাকপনো?" কুঁহাগী হঙোইনা হঙলী।

"ঐ সমুদ্রদগী লাকপনি।" তারকপা হঙোইনা খুম্মী।

"সমুদ্র। ফবে, কযাম চাওই মহ? অম্মুক চাওব্রা? ঐগী কুঁহা সিমুক!" অসি হায়রঙুনা মহাক্না কুঁহা অত্থগী নাকন অমদগী নাকন অমা ফাওবা চোংলম্মী।

সমুদ্রগী হঙোইনা খুম্লম্মী, "এঃ মকুপ! কদায়দগী সমুদ্রগী অচৌববু পীক্লবা কুঁহা অসিগা চাংদম্নবা কবন্না য়াগবনো?"

কুঁহাগী হঙোইনা মাইকৈ অমদগী অমবোমদা অমুক চোংলগা হায়রম্মী, "অত্থদি অম্মুক চাওব্রা?"

সমুদ্রগী হঙোইনা হাযরম্মী, "নঙ কয়াদা পঙবগী ৱাঙাং ভাংলি-বনো? সমুদ্রগী চাংবু নঙগী পীক্লবা কুঁহাগা চাংদম্নবা য়াব্রা?"

হৌজিক্তি কুঁহাগী হঙোই অত্থনা লাওরঙুনা হাযরকই, "চৎখ্রো, চৎখ্রো। ঐগী কুঁহা অসিদগী চাওবা অমা লৈরিব্রা? মীনম্বা কদায়দগী? হেঃ! মসিবু ফারগা মপান্দা তাম্থোকখো।"

ইচিন ইনাও পুম্নমক, অসিগুম্বা পীকখ্রবা ৱাথন অসিতনা ঐখোয়গী খৎনবগী মরমনি। ঐ হিন্দুনি। ঐনা ঐগী পীক্লবা কুঁহাদা ফম্লগা থল্লি, ঐগী কুঁহা অসিমক সংসার অত্থনি। ঈশাই কাংবুনম্নু মাগী পীক্লবা কুঁহাদা ফম্লগা সংসার পুম্বা মাগী কুঁহাদা লৈ

খল্লি, অমস্তুং মুসনমান্নসু মাগী কুঁহাদা ফম্লগা জগৎ পুম্ববু খল্লি ।

ঐনা আমেরিকাগী মীশিংবু থাগচ্চরি মতুদি মখোয়না ঐখোয় পূন্নমকপু ঐখোয়গী পীক্ল পীক্লবা সংসারগী ফীবানবু থুগাইবিনবা বম্ন হোৎনবিরি । ঐনা থাজ্জে মতুদি তুংদা পরমাত্মানা নহাক্কী থৌরাং'দা মতেং পাংবিহুনা নহাক্কী অনীংববু মপুং ফাহনবিগনি ।

---

'...... .....মহাক্কা ঙাঙবা হৌগৎলকপদা হিন্দু ধর্ম্মগী মরু করিনো হায়খি অহুবু মহাক্কা লোইশিন্নদা হিন্দু ধর্ম্মগী য়ুমফম থোনখি ।'

সিষ্টর নীবেদিতা

# হিন্দু ধর্ম্মগী চেনা

## মাপন্নীশুবা নুমিৎ

## ( সেপ্তেম্বর ১৯, ১৮৯৩ )

ইতিহাসকী মমাং ওইরবা য়ুক্তগী শুপ্নগী ধর্ম্ম অহুমতমক ঙসি ফাওবা সংসারদা হিংলক্লি।— হিন্দু ধর্ম্ম, পার্সী ধর্ম্ম অমসুং যীহুদি ধর্ম্মনি। ধর্ম্ম অহুম অসিদি অহাৎপা কযাগী মতুংদসু মাঙখিদতুনা ঙসিমক হিংলি— মসি মখোয়গী থোইদোক হেন্দোকপা শক্তিগী প্রমাণনি। অতুবু ঐখোয়না উরে মতুদি, যীহুদি ধর্ম্মবু ঈশাই ধর্ম্মনা মাঙহন্বা ঙমখিদে শুপ্নগী মহাক্কী পুম্ববু মাইথীব পীব ঙম্লবা মচা ঈশাই ধর্ম্মনা মবম ওইতুনা মহাক্কী পোক্লফমদগী চেম্বদি তাখি। অতুগা মীশিং য়ামদ্রবা পার্সীনা মহাক্কী মতীক চাওববা ধর্ম্মগী য়ারী শক-শোন্নবগীদমক ঙসি ফাওবা লাক্লরি। ভারতনা অমগী মতু দা অমা ধর্ম্মগী য়ুমফম কয়া হৌগৎলক্কুনা বেদৈগ্য ওইবা ধর্ম্ম অসিবু মন্নদগী হৌনা নোম্বা হৌরম্মী। অতুবু অকীবগী মশক ওইরবা য়ুহারাবনা সমুদ্রগী তোর্ব্বানবু ঈশিংনা তন্নং হৌহনবগুম· ধর্ম্ম অসিবু মতম থংবগীদমক তুংদা হন্দোকহল্লুরবসু পুম্নমকপু লুপহনবা ঙম্বা ঈচাও অংগী মওংদা শরুক লিশিং অমা হেন্না হল্লক্লে ; অতুগা নিল্লম্বা পুম্বা ইংথগ্রবদা ধর্ম্ম পুম্নমক্কী পোক্লবী ওইবা হিন্দু ধর্ম্মগী চাওরবা হকচাংদা থল্লায় পুম্বা তিনথ্রে, হাত্তোকথ্রে।

অনৌবা বিজ্ঞানগী পুথোকপদি শুপ্নগী খোঞ্জেন্তা ঙাইহৌরে, অসিগুম্বা বেদান্তগী থোইদোক হেন্দোক্লা য়াংলবা অধ্যাৎমিক্কী

য়াথন্দগী হৌরগা অচম্বা মুর্ত্তীপূজা অমদি মছুগা লোইনব লিরবা য়ারীশিং, অদুতা নত্তনা বৌদ্ধশিংগী লৌবা য়াত্রবা অমদি জৈনশি গী লাই লৈতবগী য়া— মখোয় খুদিংমক্কী লৈফম হিন্দু ধর্ম্মদা লৈ।

অদু ওইরবদি, য়াহং অমা থোরক্লে— .অসিগুম্বা তোঙান তোঙ'ম্বা মাইকৈদা চৎলিবা ত্রিভুজগী বাছুগুম্নবসিগী ময়ায় ওইবা কেন্দ্র-বিন্দু অদুদি কদায়দনো ? অসিগুম্বা অমগা অমগগী মরক্তা যেক্লবগী য়াখন পোক্লরিবা অসিগী পূন্না তুঙলরিবা মফমদুদি করিনো ? য়াহং অসিগী পাওখুম পীনবা ঐনা হোৎনগনি।

হিন্দু জাতিনা মহাক্কী ধর্ম্মবু মশক নাইদবা বেদদগী ফংজে। মখোয়না লৌই— বেদদি অহৌবা লৈতে, অবোইবা লৈতে। লাই-শিক অমগী অহৌবা অবোইবা লৈতে হায়বসিদা অতাবশিংনা নোক্লিংবা পোক্কনি। অদুবু বেদদি লাইরিক নত্তে, তোঙান তোঙাম্ব মতমদগী তোঙান তোঙাম্বা মীওইশিংনা ইরম্বা তত্ত্বশিং অদুবু পূল্লিম্বনি। মতৌ অম্বুম্না, পৃথিবীনা চিংশিন্নগী নীয়মশিং অসি মীওইবনা য়াখম্না লাম্বা ফংত্রবা মতমদগী তৌরক্লবনি অদুগা মীওইবা ঐখোয়না কাওথ্রবম্বু মহাক্কী নীয়ম অদুদি থবক ওইনা তৌদুনা অম্বুম লৈরগনি ; তশেংনমক অধ্যাতমিক জগৎপু চৎনহল্লিবা নীয়ম অদুম্বুনি। আত্মা অমনা আত্মা অমগা লোইননা আত্মা পূম্বগী মপা ওইবা পরমাত্মাগা লোইননা গুণগী ওইনা নত্রগা মশক নাইনা পূল্লি হায়বসি ঐখোয়না খঙদ্রিদৈদগী ওইরম্নবনি অদুগা ঐখোয়না কাও-থ্রবম্বু অম্বুম ওইরগনি ;

অসিগুম্বা নীয়ম নত্রগা অচুম্বা অসিবু হৌদোক্লম্লিববু 'ঋষি' কৌনৈ, অদুগা ঐখোয়না মহাকপু মপুং ফারবা মীওইনি হায়না

ইকাই খুমনৈ। তাবিবিবশিংবু ঐনা মসি হায়জত্থনা হবাওজনীঙঙী মথৎদি অথুগুম্বা থোইদোক হেন্দোক্লবা ঋষিশিং অথুগী মরক্তা হুপীশিংস্থু য়াওরম্মী।

মসিদস্থু কনাগুম্বনা য়েংলকপা য়াই মথৎদি অসিগুম্বা অধ্যাত্মিক নীযম অসি ফরে নীযমগী মওংদা অবোইবদি লৈবন্থু মহাক্কী অহোবদি শোযদনা লৈগনি। বেদনা ঐখোযদা মসি তাক্লি মথৎদি অশেম্বগী অহোবা লৈতে অরোইবা লৈতে। বিজ্ঞানা মসিবু তাক্লি, মথৎদি জগৎ পুম্ব অসিগী শক্তি ( Energy ) অসি মতম পুম্বদা হোংদে। অথু ওইরবদি অথুগুম্বা পোৎশক অমত্তা লৈতবা, মতম অথুদা শক্তি অথুদি কদাযদা লৈবমগনি! কনা কনাগুম্বনা হায মতমথুদা পুম্নমক অথু ঈশ্বরদা শেমদবা মওংদা লৈবম্মী। অথু ওইরবদি ঈশ্বর হাযবসি কবিগুম্বদা মশক নাইদবা অথুগা কবিগুম্বদা মশক নাইবা ওইবে। মরমসিনা মহাক মওং নাইবা অমা শোযদনা ওইবগনি। মওং নাইবা পোৎ পুম্নমক মাঙব নাইগনি, মাঙব নাইবা পোৎ খুদিংমক হোংবা নাইবদি শোয়দনা ওইগনি, মথুবু ঐখোয়না মাঙবা হাযনা কৌনৈ। মতৌ অম্মুম্না ঈশ্বরস্থু শিব নাইরগনি। মবম অথুনা পুম্নমক অসি ওইথোক্তবা রাখস্তনা শাব কল্পনানি। মবম অথুনা অশেম্বা হায়বসি লৈতবা মতম করিগুম্বদা লৈরমদে। মবম অথুনা 'অশেম্বগী' অহোবা লৈতে।

ঐহাক চাংদম অমা পীজগে— অশেম্বগা শেমলিবগা অনী অসি হোবা লোইবা লৈতবা লৈই অনীনি, অথুগা মখোয় অনীমক সমান্তর ওইবনি। ঈশ্বর, অরেপ্পা-থৌ-পুবনি থোইনা শক্তিগী মশক্লি, পুম্ববু

শেম্বনি, মহাক্কী অনীংবনা প্রলয়-সমুদ্রদগী ভশেংনমক জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিবু অমগী মথংদা অমা শেম্মী, মতুবু মতম থন্ন য়োকই অতুগা অমুক মাঙহল্লি।

'সূর্য্য।চন্দ্রমসৌ ধাতা যথা পূর্ব্বমকল্পয়ৎ'

হায়বদি হুমিৎ থাবু বিধাতানা থাইনদগী হুমিৎ অমস্কুং থাগা মান্নবা শেমগ্রবনি— মসিগী ন্নাহৈ অসি হিন্দু অঙাংশিংনা হুমিৎ খুদিংগী গুরুগা লোইননা পামিন্নবক্লবনি। মসিগী সীদ্ধান্ত অসি হৌজিক্কী বিজ্ঞানগা চুনরিবনি।

মফম অসিদা ঐ লেপ্লি। ঐনা মীৎ অসি উইশিন্দুনা ঐনা ঐগী অশেংবসি কবিনো হায়না খঙননবা হোৎনরবদি—'ঐ', 'ঐ', 'ঐ', অতুদি কবম্বা ন্নাখন অমা থোবক্লে? 'ঐ' হকচাংনি। অতুদি ঐ লৈবাক্লচিংবা পদার্থশিংনা পুম্বা অমা নত্তনা কবি ওইবি? বেদনা লাওবি—'নত্তে', 'ঐ' হকচাং মতুংদা লৈবা আত্মানি, 'ঐ' হকচাং নত্তে। হকচাংদি শিথিগনি, অতবু 'ঐ' দি শিবোই। 'ঐ' হকচাং মতুংদা লৈবনি, হকচাং অসিনা মাঙগ্রবস্তু 'ঐ' দি অতুম লৈগনি, হকচাং অসিদা চঙদ্রিঙৈদস্তু 'ঐ' দি অতুম লৈবর্মী। আত্মা করিগুম্বা পোৎশক অমনা শেম্বা নত্তে, মবমদি শেম্বগী অর্থদি তোঙান তোঙান্বা পোৎশকশিংনা পুনসিম্বনি, অতুগা পুন্সিম্বা হাযবনা মমৈথংদা অমুক কায়বা য়াই হায়বনি। মরমসিনা আত্মাসিবু অশেম্বা পোৎ ওইরবদি মহাক্কী অশিব শোযদনা লৈগনি। মসিনা খঙলে মতুদি আত্মা অশেম্বা পোৎ নত্তে অতুগা শেম্নব পোৎশু নত্তে। অমুক হন্না য়েংশি— মী থরনা পোকপদগী হুঙাই, হকচাং ফবগী হুঙাইবা ফংঙী, মহাক্কী

ফজরবা হকচাং, থৌনা ফরবা পুক্নিং তঙাইফত্রবা পোৎশিং য়াত্তনা ফংঙী। অত্তগা মী থরনা পোকপদগী য়াই, কনাগী খোঙ নত্রগা খুৎ য়াওদে, কনামনা পংঙী, অমম্বুং কবিগুম্বা অমা তৌহুনা মখোয়গী য়ারবা পুন্সি হিংজে। মতৌ করম্না অম্মুম ওইরিবনো ? অচুম্বা তৌবা অমম্বুং থৌজান হৈবা ঈশ্বর অমত্তনা শেম্বা ওইরবদি অমনা হুঙাইনা অমনা য়ানা শেম্লিবা করিগীনো ? ঈশ্বর করিগী মীচং মীথাই নাইরিবনো ? অসিগুম্বা য়াফমগী তাংদাংবম্মু লৈতে মত্তদি হন্দক্কী মপোক অসিদা য়ারগা হয়েংমুক্কী মপোক্তা হুঙাইগনি। অচুম্বা অমম্বুং থৌজান হৈবা ঈশ্বরগী লৈবাক্তা মীওইবা অসিগী পুন্সিদা অরাব করিগী লৈরিবনো ? অতোপ্পা য়াফম অমনা অশেম্বা ওইরিব ঈশ্বরবু ফম ( মতীক মগুণ ) পীরিবা সীদ্ধান্তনা শেম্লকপদা অসিগুম্বা থেৎনবগী মরম অমত্তা ফাওবা তাক্লবগী হোৎনরম্বা লৈতে ; মহাক্তি শুপ্নগী সর্ব্বশক্তিমান ওইবা অনীংবতা পাঙব হুপা অমগী তমথিরবা শাক্কৎপু ফোংদোকই। মতৌ অম্মুম্না মসি তশেং তশেংনা থল্লুবা ফাওবদা মতীক চাত্রবনি হায়ব ফোংদোক্লে। মরম অসিদগী মসি য়ানিংবা তাবনি মত্তদি পোকত্রিজৈগী মমাঙদা তৌথিবা থবক্কী মহৈনা হন্দক্কী মপোক্তা হুঙাইবা-অরাবা ওইরবনি। মসি মহাক্কী হৌথিবা মপোক্কী কর্ম্মনি। ফরে, মীওইবগী হকচাং অমম্বুং পুক্নিংগী ইথিন অসি মহাক্কী মপা মপুগী হকচাং অমম্বুং পুক্নিংদগী লৌহোবা ওইর-বদি অসিগুম্বা ফংফম থোক্লা ফংহৌবা অসিগী সীদ্ধান্ত অসি মথক্তা হায়থ্রিবা থৌদোক অসিগা মান্নবা পাওখুম ওইরোইদ্রা ? মসি অশেংবনি মত্তদি পুন্সিগী ঈচেন অসি অশিব ( লেঙদবা ) অমম্বুং

অহিংবা ( আত্মা ) অনীগী ঈচেল্দা চেষ্টৈ। করিগুম্বা অশিবা ( লেঙদবা ) অমম্মুং অশিবগী ( লেঙদবগী ) মওংমক্কা আত্মা, পুক্রিং, বুদ্ধি অসিনচিংবা ঐথোয়দা লৈরিবা পুম্নমক্কী ভাংদাংবা মরম ওইরবদি মনীং তম্বা আত্মাগী ভাপ্প্রু থম্বরুবগী কান্নবা করিস্মু লৈরোইদবনি। অদুনা অহিংবা আত্মা ( চৈতন্য ) গী মওং অশিবদগী ( লেঙদবদগী ) ওইরকপা নত্তে হায়বসি অচুম্বনি। মরমসিনা অশিবা পোৎ অমদগী পুম্নমক পোক্লকপনি থল্লবদি মরু ওইবা অশেংবা আত্মা অমদগী সৃষ্টিগী ঈচেল অসি চেম্বকপনি হায়বসি চিংননিঙাই লৈতনা থাজবা মতীক চাবনি। মসি শুপ্নগী মতীক চাবতা নত্তে য়ানিঙবা তাবনি ; মসিগীদমক আলোচনা তৌরুবগী কান্নবা করিস্মু লৈতে।

তশেংনমক, হকচাঙ্গী ওতবা হৈনবী পুম্নমক ইপা ইমাদগী ফংবনি, অদুবু মদু জীবাত্মানা মহাক্কী স্বভাব পুম্বু ফোংদোক্লিবা হকচাংসিতগী ওইবনি। মহাক্কী স্বভাব অদুদি মহাক্কী হৌখ্রবা মপোক্কী থবক্তুগী ওইবনি। হেন্না রাংব স্বভাব লৈবা জীবাত্মাগীদি 'যোগ্য যোগ্যেন যুজ্যতে' হায়বা নীয়ম অসিগী মতুং ইন্না হকচাংদা চঙলুবনি, মদুনা মহাক্কী স্বভাব অদুবু ফোঙদোক্নবা পুম্নমক্কী অথোইব তুঙফমনি। মসিস্মু বিজ্ঞান্ন য়ারবনি, বিজ্ঞান্না হায়রি মদুদি স্বভাব হায়বসি হৈনখিবদগী ওইবনি ; অমম্মুং অভ্যাস্তি হন্না হন্না থেংনখিবগী ফলনি। মতৌ অম্মুন্না অনৌবা অঙাং অমগী স্বভাবিক ঈচেন অসি মহাক্না হন্না হন্না থেংনখিবা, হান্ন তৌখিবা থবকশিং অদুননি হায়না লৌবা তাই। অমম্মুং শুপ্নগী চৎলিবা পুন্সিদতা স্বভাব অদুবু ফংলকপা নত্তে, অদুনা মহাক্না হৌখিবা পুন্সিদগীস্মু মদুবু ফংলকপনি।

মসিদা চিংনবা অমদি পোকপা য়াই। ফরে, মসি পুম্নমক য়ারসি অহুবু হৌখিবা পুন্সিগী রাক্ষম অমত্তন্সু নীংশিংবা ঙমদ্রিবা করিগীনো ? মসিগী পাওখুমসু অরাইবনি। ঐ হৌজিক ইংগ্রেজী ঙাঙলি। মসি ঐগী ইমারোন নত্তে। তশেংনমক হংলবদা হৌজিক ঐগী কোক্তা ঐগী ইমারোনগী রাহৈ অমক্ষাওবা থোক্লক্তে, অহুগা মহুবু মাঙদ থোরক্লবগীদমক থরদং হোৎনরবা নত্রগা থম্বরবদি ঐঙোন্দা মহু থোরকই। অহুনা মসি অচুম্বা ওইরে মহুদি মীওইবা সমুদ্রগী মপান্দা লৈরিবা পুম্নমকপুদি ঐখোয়না থঙবা ঙম্লগা মহুগী অরুবা মন্নুংদা খঙগদবা পুম্নমক লোক্তুনা লৈরি, মহুবু থেরক্লবা ঐখোয়না হোৎনবা অমদি পুথোক্লবা নৈখায়বা তাই। অসিগুম্বা রাথন পুম্নমক অসি মথক্তা ফাওগৎলক্লবদি ঐখোয়গী হৌগ্রবা মপোক্কী নীংশিংবা ঙমগনি।

হৌগ্রবা মপোক্কী মরিদা মসিনা অশেংবা প্রমান্নি। চাংয়েং তৌরবা মতুংদা মসি অশেংবা মপুং ফাবা প্রমান ফংগনি। ঋষি-শিংনা সংসার পুম্বদা লাওরি মহুদি ঐখোয়না অরোম্বা অহুবু থঙবা ঙমলে, মহুনা নীংশিংবগী সমুদ্রবু মহাক্কী হক্লা লুরবা মফম অহু ফাওবা নৈখায়বা ঙম্লে— মহুবু শিজীন্নো অমসুং নহাক্লা হৌগ্রবা মপোক্কী পুম্নমকপু নীংশিংবা ঙম্লগনি।

মরম অসিদগী ঐখোয়না উরে, হিন্দুনা মহুবু আত্মানি হায়না থাজনৈ। "আত্মা অসিবু থূৎলাইনা ককপা ঙমদে, মৈ-না চাকপা ঙমদে, ঈশিংনা চোৎপা ঙমদে, অমসুং নুংশিৎনা কংহম্বা ঙমদে।" হিন্দুশিংনা অসুম্না থম্মি— আত্মা অসি বৃত্ত অমনি, মহাক্কী ঙমখৈ

লৈতে, শুপ্নগী মহাক্কী কেন্দ্র অদু হকচাংনা ওইবনি। অমসুং শিবগী অর্থনা হকচাং অমদগী হকচ ং অমদা মহাক্কী কেন্দ্র হোংবতনি। আত্মা অসি ভৌতিক নীয়মগী মথা পোন্দে, মহাক্কী মশক্তি, অরেপ্পা-অশেংব-অশিংবা-লাল্লবা স্বভাবনি। তৌইগুম্বসুং কবিগুম্বা চিংন-নীংঙাই লৈত্রবা মবম অমনা মশাবু অশিবা (লেঙদবা) পোংকুম্না পুন্সীন্দুনা লৈবগুম উই, অমসুং মশাবু লেংদবা অমগুম খলহল্লি।

হৌজিক ৱাহং অমদি— মসি অশেংবনি, মপুঙ ফাবনি অমসুং লাল্লবা আত্মাসি মতৌ কবম্না অশিবগী (লেঙদবগী) মনাই ওইরি-বানা? মশামক মপুং ফাব ওইবগা মপুং ফাদবগী চিংননীঙাই করম্না ওইবিবনো? ৱাহং অসিগী মরমদা হিন্দুনা খন্নদ হায়বা ঐখোযনা উবা ফংঙী; অদুগা ৱাহং অসিমকস্তু হংনদে। পণ্ডিতশিংনা অত্মা অমসুং জীব অনিগী মবক্তা কবিগুম্বা মপুঙ ফাব চাংদমগী ঈচেল অমগী কল্পনা তৌই অদুগা মখোয়গীদমক মওং য়াম্না চাওব চাওববা বৈজ্ঞানিকশিংনা সংজ্ঞাশিং পীনৈ। তৌইগুম্বসুং মিং পীবতনা আলোচনাগী মপুঙ ফাবদি নত্তে। ৱাহং অদু হান্নগী হান্ন অদুম লৈগনি। মপুঙ ফাব মহাক্কী মপুঙ ফাবগী মতৌ অদুদি কবিগুম্বা মওং অমদা নত্রগা কবিগুম্বা শরুক অমদা কবম্না চম্বগদৌবিবনো? অবেপ্পা অশেংবা-অশিংবা-লাল্লবা স্বাভাব ওইবব মহাক্কী স্বভাব অদুগী মচেৎ অমা ফাওবদা মওং কাযবা কবম ওইগদৌরিবনো? অদুবু হিন্দুদি অচুম্বগী লৌনম য়াওব্রবা পুজারিনি। মহাক্কা মীনম্বা তর্কগী মভেং থক লৌদে। মহাক্না অশেংবা অচুম্বগী মতৌগুম ৱাহং অসিগী মায়োক্নবা পাঙ্গন লৈ— অদুগা ৱাহং অসিগী পাওথুম পী— 'ঐ

থওদে, মপুঙ ফাব আত্মাবু মপুঙ ফাদে করম্না থনগদৌরিবা, লেওদব (অশিবা) পোৎশিংগা তিম্নবগা মহাক্না করম্বা জড় নীয়মগী মথ' পোনগদৌবিবনো ? অদুবু অরেপ্পা পোৎ অদুমক্তি অদুম লৈগনি। মীপুম খুদিংনা মশাবু হকচাং অদুমক ওইনা থল্লি। হিন্দুশিংনদি মীওইবা মশাবু হকচাং ওইনা কবম থনগদৌবিবনো হাযব অসি খনগে হাযনা ফাওবা হোৎনদে। 'মসি ঈশ্বরগী আশানি' পাওথুম অসিদা হিন্দুগী 'ঐ থওদে' হাযবা পাওথুমদগী অতোপ্পা মতীক চাবা লৈত্রে।

মবম অসিনা ঐথোয়না উবে মদুদি— মীওইবগী আত্মা অসি পোকপা লৈতবা অমম্বং শিবা লৈতবনি। মপুং ফাবনি অমম্বং লোইনাইদবনি, অদুগা শিবগী অর্থনা—হকচাং অমদগী হকচাং অমদ শুপ্নগী কেন্দ্র হোৎবনি। হৌজিক্কী ফীভম অসিনা ঐথোযগী হৌগ্রব মপোক্কী মহৈনা ওইবনি অদুগা তুংগীনা হৌজিক্কী থবক্কী মবম্না ওইগ'ন। আত্মা দি পোকপা অমম্বং শিবগী চক্র-দা তত্তনা কোযদুনা লৈবনা মথক্তা থক হাইগত্তে, মখাদা থক কুমথদে। অদুগা মতা'সিদ ন্নাহং অমগা থোৎকই—মীওইবনা, অকীবা ফংলবা নোংলৈ ঙুংশিত্তা তারবা, মীকুপ অমদা ঈথক্কী ঈপোম অমনা ন্নাংলবা চীংদোন ফাওবা পুথৎপিবা অদুগা মীকুপ অমদনা ক্কিববা অকুৎপা অনেম্বদা থাদথিবা ন্নাক্লবা হি অমগী মতৌগুম ওইববদি, কবিগীদমক মতৌ অম্নম্না মশাগী অফবা ফত্তবা থবক্কী, অমুক্তনা, অতোপ্পগী মথা পোন্দুনা মাইকৈ খুদিংদা লম্মাংননা চৎলিবনে', কবিগীদমক মহাক্না থবক্কী মবম্না অবোইবা লৈত্রবা ঈচেল, চাংযেং পুম্বা, অকিবা অমদি লাও-

খোংলবা ঈচেন্দা তারগা পাঙ্গন মাঙবা, উপায় লৈতব, করিগুম্বা লৈতবা জীবগী মতৌগুমলিবনো ; করিগীদমক মহাক্না কর্ম্মচক্রগী মথা থান্থনা পীক্লবা তীন অমগুম্লিবনো, মহুনা অম্লাব পূম্বদগী নীংব কায়রবা লুপ্রাবীগী পী অমদি লমজ্জা অঙাংশিংগী অরাববু খজিক্তা ফাওবা খনবিদনা মহাক্কী মায়কৈদা লাকপা পোৎ পূম্নমকপু নৈখাই-রিবনো ? অসিগুম্বা য়াখন্দগী থম্মোয় নীকই, অহুবু প্রকৃতিগী নীয়মদি মসিনি । অহু ওইরবদি কবিগুম্বা আশা অমদি লৈরোইদ্রা ? মসিদগী কন্নবা লম্বী অমত্তা লৈত্রব্রা ?— অসিগুম্বা অরাবগী, নীংবা কাযবগী, পাঙ্গন ময়েং তারব থম্মোযগী ময়োন্দগী মথক্তা ক্খৎ-লকতুনা থৌজান হৈববা জগৎ পীতাগী সিংহাসন ফাওব য়োই । মফম অহুদদি আশা অমদি ইংথবগী য়াহে থোরকই অমস্তুং বৈদিক ঋষি অমগী থম্মোয়হুংদা অরংবা মওংদা লৈতাহুনা লৈ । ঈশ্বরগী শক্তিনা পোক্লক্লবা মহর্ষি অসিনা সংসারগী মমাংদা লেপ্লগা চীং-লেম্লবা লূম্লবা য়াহৈনা হুঙাইরবা পাওজেন অসি পীবি—

শৃন্বন্তু বিশ্বে অমৃতস্য পুত্রা আ য়ে ধামানি দিব্যানি তস্থু: ।

× × × ×

বেদাহমেতং পুরুষং মহান্তম্ আদিত্য বর্ণং তমসঃ পরস্তাত্ ।
তমেব বিদিত্বাহতিমৃত্যুমেতি নান্যঃ পন্থা বিদ্যতে হয়নায় ॥

শ্বেতাশ্বতর্ উপনিষদ্— ২-৫, ৩-৮ ।

"হে অমৃতগী মচাশিং ! হে অবংবা মফমগী লাইশিং ! তাও, ঐনা অহৌবা লৈত্রবা অরেপ্পা হুপা অহুবু শক খঙলে, মহাক্কি অজ্ঞান-অমম্ব অমস্তুং মায়াদা তারিব । হুপা অসিতবু খঙলগা নহাক্না অশিবগী ঈরৈদগী লাম্বা ঙমগনি । অতোপ্পা লম্বী অমদি লৈত্রে ।"

"হে অমৃতগী মচাশিং !" কয়াদ থুমগ্রবা অমম্মুং আশা চাওগ্রব রাহৈনো মসিবু ! মরুপশিং ! ঐনা অসিগুম্বা থুম্নবা মীঙ্গৌনা নখোয়বুম্মু কৌজগে ! "হে অমৃতগী ক্ষংক্ষম থোক্লবা মচাশিং !" তশেংনমক হিন্দুনা নখোয়বু পাপী হায়না কৌবা য়ানিংদে। নখোয়দি ঈশ্বরগী মচা মগুনি, লোইনাইদ্রবা মুংঙাইবগী শরুক থুঙ্গদবনি; অশেংবা অমম্মুং মপুং ফাদ আত্মানি। নখোয় মর্ত্তলোক্কী দেবতানি। নখোয়বু পাপীরা ? মীওইববু পাপী হায়বমক পাপনি। মহাক মীওইব-স্বভাবকী তমথিরবা য়েক্লবনি। হৌগৎলো ! লাকও ! হে নোংশা ! অসিগুম্বা মীনম্বা অকাওববু তকথোক্তুনা থাম্ন লংথোকখ্রো মবমদ্দি নখোয় কৈশাম্নি ; নখোয়দি কুইরবা, অশি লৈত্রবা অরেপ্পা মুঙাইবগী মশক ওইরবা আত্মানি। নখোয় অশিবা পোৎ নত্তে। নখোয় হকচাং নত্তে। অশিব পোত্তী নখোয়গী মীনাইনি, নখোয়না মহাক্কী মীনাই নত্তে।

মরম অসিনা, বেদনা অম্মুম্না থক হায়দে মত্থদি শেম্বগী থবক অসি থোইদোক্লা অকীব, থৌজান য়াওদবা নত্রগা মুংশি হৈতবা নীযমশিংগী ঈচেন্নি। অত্থগা মসি থবক্কী অকম্বা পুন্সিন্বা অমগু নত্তে। শুপ্নগী মসিতমক ফোংদোকই মত্থদি মসি পুন্নমক প্রকৃতি নীয়ম অমগী মথাদনি, কুপ্ল-কুপ্লবা থুদিংদা অমদি শক্তিগী ঈপোমদা য়ারোম্নত্থনা কুইরবা মুপা অমনা লৈজবনি, "মহাক্কী য়াথংনা মুংশিং শিংলিবা, মৈনা চাক্লিবা, নোংনা চুরিবা অমম্মুং অশিবনা পৃথিদা মায়কৈ থুনা জগোই শাজরিবা।"

অত্থগা মুপা অত্থগী শক্তমদি করিনো ? মহাক্তি মফম খুদিং থুংবা, অশেংবা, মশক নাইদবা, শক্তি পুম্বনা তিম্বনি, পুন্নমক্তা

মহাক্কী মপুং ফাব থৌজান লৈ। "নহাক ঐখোয়গী ইপানি, নহাক ঐখোয়গী ইমানি, নহাক ঐখোয়গী থোইনা চান্নরবা মরুপ্নি, নহাক শক্তি পুম্বগী মৰূনি, ঐখোয়দা শক্তি পীবিয়ু। নহাক অসিগুম্বা চাওরবা পৃথিবীগী অরাম্বৰু পুবিরিবনি, নহাক্না ঐঙোন্দা পুন্সি অসিগী পীক্লবা পোৎলুম অসিবু পুবদা নত্তেং পীবিয়ু।" বৈদিক ঋষিশি না অম্মুন্না শক্লম্মী, "ঐখোয়না মহাক্কী পুজা করম্না তৌগনি? প্রেমতনা মহাক্কী পুজা তৌগনি। সংসারগী অমদি মপানগী নুংশিবা পোৎশক পুম্নমক্কগী থোইদোক্না নুংশিবনি থন্দুনা মহাকপু অখোইবা নুংশিফম থোকপগুনি খন্না পুজা কৎকদবা ওই।"

বেদনা ঐখোয়দা অশেংবা নুংশিবগী মবিদা অম্মুন্না পাওতাক পী। হৌজিক যেংশি, ভগবান কৃষ্ণবু হিন্দুশিংনা পৃথিবীদা ঈশ্বরগী মপুং ফারবা অবতারনি হায়না লৌই; নুংশিব অসিগী মপুং ফাব মওংগী সাধনাগী মরমদা ঐখোয়দা করি পাওতাক পীবিরম্মী।

মহাক্না হায়রম্মী— 'মীওইবনা সংসার অসিদা থম্বাল লৈনাগুম্ন লৈগদবনি। থম্বাল লৈনানা ঈশিংদা লৈরবস্তু ঈশিং মরীকমত্তা চোত্তে, মতৌ অহুগুম্না মীওইবনা সংসার অসিদা লৈগদবনি—মহাক্কী থম্মোয়না ঈশ্বরগী মাইকৈদা চংশিন্সন্থু অমসুং মহাক্কী মথুৎনা লমন য়াওদনা কর্ম্মদা চংশিন্সন্থু।'

ইহলোক নত্রগা পরলোক্তা মনাগী আশা থুদিংগা ঈশ্বরবু নুংশিবা ফত্তবা রাফম নত্তে, অহুবু শুপ্নগী নুংশিবগী দমক্তা ঈশ্বরবু নুংশিবনা থাইদগী হেন্না ফৈ অমসুং মহুগা লোইননা প্রার্থনা অসি তৌবা ফৈ—

ন ধনং ন জনং নচ সুন্দরীং
কবিতাং বা জগদীশ কাময়ে।
মম জন্মানি জন্মানীশ্বরে
ভবতাদ্‌ ভক্তি রহৈ তুকী ত্বয়ি ॥

—"হে ভগবন, ঐহাক সম্পত্তি পামজ:দ, ইচা ইশু পামজদে, মহৈশু পামজদে, নহাক্কী অনীংবা লৈরবদি ঐহাক পোকপা শিবগী চক্রদা লিশিংলক তাজগে; অদুগা হে প্রভু! ঐহাক্কা মহৈগী অপান্বা থাদুনা নঙবু নীংজবা, হুংশিবতগী ওইনা ইশাগী য়েংদনা নঙবু হুংশিবা উমজবা অসিমত্তংগা পাবিয়ু।" ভগবান কৃষ্ণগী শিষ্য ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা ভারতা নিংথৌ ওইরিঙৈদা মহাক্কী য়েন্নবশিংনা মহাকপু রাজসিংহাসন্দগী তাম্বোকপিরে অমসুং মহারাণীগা লোইননা হিমালয়গী জঙ্গলদা লোংথিরম্মী। মফম অদুদা, নোংমা মহারাণীনা হংখি—"ইবুঙো, নহাক ধর্ম্ম চেন্ননি, মীশিংনা নহাকপু ধর্ম্মরাজ কৌনৈ। অদুম ওইরবমক্তদ' নহাক্কা অসুক য়াম্না অৱাব থাঙব তারিবা করিগীনো?" যুধিষ্ঠিরনা খুমথি, "মহারাণী য়েংউ, হিমালয় অসি কয়াদা চাওরিবা অমসুং ফজরিবা! ঐনা মসিবু হুংশিজে। মসিনা ঐঙোন্দা করিশু পীদে, অদুবু অচৌবা অমসুং ফজববু হুংশিব হায়রসি ঐগী হৈনবীনি অদুনা ঐনা মসিবু হুংশি। মতৌ অদুগুম্না ঐনা ঈশ্বরবু হুংশিজে। মহাক্তি ফজবা পুম্নমক, মতৌক চাওবা পুম্নমক্কী হৌফমনি। মহাক্‌পু হুংশিবা য়াব পোৎশক অমা ওই। মহাকপু হুংশিবা ঐগী হৈনবীনি, অদুনা ঐনা মহাকপু হুংশি। ঐনা করিগুম্বা অমগীদমক মাঙোন্দা হায়জদে, ঐনা মাঙোন্দগী করিশু

নীরুদে। মহাক্না পাম্ব মফমদা ঐবু থমসনু। ঐদি ফীভম খুদিংদা মহাকপু নুংশিফম থোকপগী নুংশিবা পামজে, ঐদি নুংশিবনা ললোম্বা তৌজনীংদে।"

যেদনা আত্মাদি ব্রহ্মস্বরূপনি, শুপ্নগী পঞ্চভূতকী থৌরিনা পুনথিবতনি অদুগা অপুম্বা অতুনা তৎপ্রবদা মহাক মহাক্কী হাম্নগী মপুঙ ওইবতুবু ফঙ্গনি হায়না হায। ফীভম অসিগী মিংবু মুক্তি কৌই। মতুগী অর্থনা— মনীংতম্বনি-মপুঙ ফাদবা, পোকপা শিব লাইথৃং-লাইনাদগী কোকপনি ( নাম্বোকপনি )।

আত্মাগী অপুম্বা অসিদি ঈশ্বরগী থৌজান্তগীতা নাম্বোকই অদুগ মহাক্কী থৌজ ন্দি অশেংবা-অমকপা য়াওদ্রবা স্বভাব য়াওবা মীশিংতন ফংবা ঙম্মী। মরমসিনা অশেংবা হাযবা অসিতনা মহাক্কী থৌজান ফংনবগী উপাযনি। মহাক্কী থৌজান লৈরবা মতমদা অশেংবা অমসুং অমকপা য়াওদ্রবা থম্মোযদা মহাক্না ফোংদোকপী। অশেংবা অমসুং থেংনবা মীওইবা পুম্নি অসিদা ঈশ্বর ফংবগী মতীক চাব হায়বত্তু ওই। 'মতম অদুদা মহাক্কী ফত্তবা পুম্নমক মাংখী, চিংনবা পুম্নমক থাপ্পা চৎথোকখি।' মতম অদুদা মহাক থবক থৌবমগী কিরবা নীযমগী শান্নপোৎ ওইদ্রে। মসি হিন্দু ধর্ম্মগী মরূ ওইবা সিদ্ধান্তনি, মসিমক মহাক্কী লৌনমদ্রবা রাথননি। হিন্দুদি রাহৈ অমসুং সিদ্ধান্তগী লাংদা মতম মাঙহন্দে। অচম্বা বিষয়গী পুম্নি অসিদগী করিগুম্বা ফীবেপ কয়াসু লৈ, ইন্দ্রিশিংতগী ওইবা পুম্নি কয়াশু লৈ, মতুদি মহাক মহাক্কী মমীৎ মাংদ উব তায়। করিগুম্বা মাঙোন্দা আত্ম অমা লৈরবদি মহাক লেংদবা পোৎ নত্তে।

কবিগুম্বা থৌজান হৈবা পরম্মাত্মা অমা লৈরবদি মহাক মহাকপু তশেংনা উবা তায় ; মরমদি ঈশ্বরবু শুপ্নগী মীৎনা শংশংনা উরবতদা মহাক্কী চিংনবা পুম্বা মাস্থিগনি। মবমসিনা হিন্দু ঋষিশিংনা আত্মাগী বিষয়দা অসিগুম্বা অথোয়বা প্রমাণ পী মহুদি "ঐনা আত্মাবু উবে, ঐনা ঈশ্বরবু উবে।" মসিমক মপুংফাবগী অমত্তা ভায়বা শর্ত্তনি। তোঙান তোঙাম্বা মত্তা-মত্তকী খেৎনবা নত্রগা সিদ্ধান্তদা থাজনবগী-দমক্তা হিন্দু ধর্ম্মনা হোৎনদে. হিন্দু ধর্ম্মদি মীৎমক্না উবগী নত্রগা শংশংনবগী ধর্ম্মনি। শুপ্নগী থাজবগী মিংতদা হিন্দু ধর্ম্ম লৈবা নত্তে। হিন্দু ধর্ম্মগী মুলমন্ত্রদি, "ঐ আত্মানি, মসিবু থাজবা অমসুং মশক অতুমক ওইবনি।"

মরমসিনা হিন্দুশিংগী সাধনা-নীতি পুম্বগী লক্ষ্যদি অরোইবা নাইদ্রবা হোৎনবনা মপুঙ ফাহম্বা, লাই ওইবা, ঈশ্বরগী মনাক্তা চৎলগা মহাকপু খুরুমলুবা অমসুং মতৌ অম্বুম্না ঈশ্বরগী মনাকপূ ফংলগা মহাকপু খুরুমজরুবা, লোক পুম্বগী মপা ঈশ্বর অত্তগা মান্নবা মপুঙ ফাব— মসিমক তশেংবা হিন্দূ ধর্ম্মনি।

অত্তগা মীওইবনা মপুঙ ফাবত্ত ওইরবদা, মহাক্কী করি ওইগনি ? মতম অত্তদা মহাক মপান লৈত্রব হুংঙাইবদা পুন্সি লেল্লগনি। মহাক কান্নবা পুম্নমক্না চাংদম্নবদা হেন্না থোইবা কান্নবগী মশক ওইরবা পরমানন্দ ঈশ্বরবু ফংজবগী হুংঙাইবা ফ বা মী ওইরগনি।

বিষয় অসিদা হিন্দূ পুম্নমক্কী মত্ত অমত্তনি। ভারতকী তোঙান তোঙাম্বা লম্বীদগীসু মত্ত অসিদদি অমত্তনি। অত্তবু রাফম অসিমা লাক্লে মহুদি তুবীয় নত্রগা নির্বিকল্প অবস্থাগী মমীংবু মপুঙ ফাবা

অবস্থা কৌই। অতুগা নির্বিকল্প অবস্থাদি অমত্তা ভায়ব, অনীশুদ্রব অমস্থং গুনাতীতনি, মতুদা মীওইবগী মতৌ হায়বসি অমত্তা য়াওদ্রে। মবমসিনা মপুং ফাবা আত্মানা নির্বিকল্প অবস্থাবু ফংগ্রবদি মহাক ব্রহ্মাগা লোইননা অমত্তা ওইবা ঙম্মী অমদি অনীথোকপ জ্ঞানদগী তোপখিবা মরম্না মশামক অশেংবা শক্তম, জ্ঞানগী শক্তম অমদি হুংঙাইবগী মশক হায়বতু ওই। ঐখোযনা অবস্থা অসিগী বিষযদা কবি করিগুম্ব নোংচূপ্লোমগী দার্শনিকশিংগী লাইবিক্ত কয়ারক পাগ্রে মতুদি মীওইবনা মহাক্কী মীওইবগী মতৌ অসিবু থাবগা লেংদবা অতুবু ফংঙী নত্রবনি হুংহুমগা পাঙ্খকনৈ। মসিদগী পণ্ডিত-শিংগী অপঙবা মতৌ অতুবু খঙবা ঙম্মী, করিগী হাযববু, "অশোক অপন ফংদ্রিবা মীনা অশোকপা মফমবু উরগা নোক্লবগুম্না য়েঙ্গনি।"

ঐনা ময়ামদা হায়জগে মতুদি অসিগুম্বা রাফম অমত্তা লৈতে, পীক্লবা হকচাং অসিদ, আত্মাবোধ ওইবগা অম্লুক য়াম্না নুংঙাইববদি হকচাং অনীদা অত্মাবোধ ওইরবদি কযাম হেন্না হুংঙাইবা ওইগবা, অমস্থং মতৌ অতুগুম্না মথং মথং হকচাং কয়ামরুমদা আত্মাবোধ ওইহন্দুনা হুংঙাইবগী চাং অসিবু থোইনা হেন্না চাওখৎহনগদবনি অমস্থং সংসারগী অত্মা পূম্ববু বোধ ওইববদি হুংঙাইবগী অথোইবা অবস্থা অতু শোয়দনা যঙ্গনি।

মরমসিনা সংসারগী আত্মা পূম্বগী মপান লৈত্রবা ব্যক্তিত্ব অতবু ফংননবা। অসিগুম্বা পীক্লবা অরাবগী মশক ওইরবা মীওইবগী মতৌ অসিগী অপুম্বা অসিবু লোইহনথিবা তাবনি। ঐনা প্রাণস্বরূপ অতু ওইরবদি অশিদগী মথুত্তগী নাম্থোকপা হাযবতু ওইগনি। ঐনা

হুংঙ.ইবগী মশক হায়বত্থু ওইরবদি অরাবগী অরোইবা হায়বত্থু ওইগনি। ঐনা জ্ঞানগী শক্তম ওইরবদি অজ্ঞানগী শরুক লৈররোই। বিজ্ঞানস্থু মমৈদা সিদ্ধান্তদা চংশিনখিবনি। বিজ্ঞান শাস্ত্রনা মসিবু তশেংনা তাক্লে মহুদি হকচাং অসিবু মীৎয়েংগী মাইকৈদা মতম পুম্বা অমত্তা ওই। খল্লবদি মহু শুদ্ধৎপনি; ঐখোয়গী লৈবাক্কী ওইবা মীগী মংতৌসিদি শুদ্ধৎপগী মশকনি। অশেংবমক মথংশিৎনা জড়সাগরদা পীব্রবা হকচাং অ'স ঈপোমগুম্না মতম পুম্বদা হোংদোক হোংজিন তৌহুনা লৈ, মীকুপ খুদিংগী অনৌবা ওইহুনা লৈ। অহুবু ঐখোয়গী অবেপ্পা অ ত্ম গী শরুক অসিদি করিগুম্বদা অহো'বা নাইব নত্রগা অকাওবা লুপ্পা থক ওয়দে। মরমসিনা মপুঙ ওযবা মহাক্তি অচুম্বনি, অমস্থং মরম অসিদগী অনীলোঙদবা জ্ঞানমক হায়বদি, "ঐ অমত্তা ঙায়বা অনীশুদ্রবা আত্মানি", অমত্তা ঙায়ব' মতীক চাবব সিদ্ধান্তনি।

বিজ্ঞান হায়বসি অমত্তা ওইববু থিব নত্তনা অতোপ্পা নত্তে। বিজ্ঞান শাস্ত্রদি মপুঙ ওইবা একতাহুবু হেক ফংবগা মহাক্কী চ শিন্নগী থবক লেপখিগনি; করিগীনো হায়বদা রসায়ন শাস্ত্রনা পোৎ খুদিং-মকপু শাব (শেম্বা) য়াব পোৎ অমা ফ লবদা মহাক অমুক মখা চত্থবা ঙম্লবোই। পদার্থ বিজ্ঞান শাস্ত্রনা মহাক্কী মরু ওইবা শক্তিহুবু ফংলবদি অহুনা অতোপ্পা শক্তিশিংবু তাম্বোবকই অহুগা মহাক্কী মপুঙ ফাব অহুবু য়োগনি। মতৌ অহুগুমা ধর্ম্ম শাস্ত্রস্থু মহাক্কী মপুঙ ওইবহুবু ফংলব, মহাক্কী মরূ অহুবু খঙলবদ', মহুদি মর্ত্ত্যলোক অসিদা অমত্তা ওইব অমৃতগী মশক ওইরিব', মহুদি তত্তনা হো'দোক

হোংজিন তৌবিবা জগংকী অমত্তা ওইব 'ঙেউদ্রব'-লেপ্লবা তুঙফম ওইরিব', মতুদি অমত্তা ওইব পরমাত্মানি, অতোপ্পা আত্মা পুম্বা মহাক্কী মমিগুম্বনি। মতৌ অসুম্না ব্রাহৈ খুদি মক, অনী থোকপন-চিংবদগী অনা থোক্লু বত্তবু ফংলবদা ধর্ম্ম শাস্ত্রনা মথা অমুক চংথররোই। মসি বিজ্ঞান পুম্নমক্কা অথোইবা পান্দমফমতুনি।

শাস্ত্র খুদিংমক সিদ্ধান্ত অসি য়োগদবা ঙাক্লি। ঙসি বিজ্ঞান শাস্ত্রনা ফজবগী মশক ওইরবা জগৎ অসিবু 'সৃষ্টি' হায়না কৌবা পামদে, মহক্না মতুবু 'বিকাস' হায়না কৌনরি। অতুগা হিন্দুদি য়াম্না হরাওনিঙাইনি মতুদি সিদ্ধান্তসিবু মহাক্কী মপুক্লিংদা হুমিৎ কয়ানিসি নীংতুনা লাক্লিবনি। সিদ্ধান্ত অতুদি ঙসি কল্লবা থোন-থোক্তা বিজ্ঞানগী থোইনা নোরবা মওংদা শিজিন্নতুনা থোইনা নোরবা শক্তমদা শেমদোক্তুনা তম্নরি।

হৌজিক ঐখোয় বেদান্ত-দর্শনগী য়াংলবা চীংদোম্দগী কুমথরগা অচম্বা-খঙদবা মশিংগী ধর্ম্মগী মায়কৈদা চংশিল্লসি। অহৌবদা ঐনা ময়ামদা হায়নিংঙি মতুদি ভারতবর্ষদা লাইয়াম নীংবগী য়াফম লৈতে। কনাগুম্বা অমনা মন্দির খুদিংদা লেপ্লগা তারবদি খঙগনি মতুদি ভক্তশিংমা সর্ব্বব্যাপি ওইবা মাঙোম্দগী থৌরগা ঈশ্বরগী গুন খুদিংমক শক শোন্বা মূর্ত্তিশিং অতুদা তৌরমগনি। মসি লাইয়াম নীংবগী য়াফম নত্তে, মসিনা 'লাই অমনা হেম্বা থোইবগী' য়াফম নত্তে। গুলাপ্পু, মমিং কয়াশু থোন্সনু মহাক্কী মনম হুংশিবা অতুদি অতুম নমতুনা লৈগনি। মিংতনা করিগুম্বা পোং অমগী মশক শেংনা তাকপা ওইথোক্তে।

অঙাং ওইরিঙৈগী রাক্‌ম অমা নীংশিংলকই— খৃষ্টান পাদ্রি অমনা মী খর পুল্লিসিল্লগা ধর্ম্ম-উপদেশ পীরম্মী। য়াম্না ইচং থৌনা মহাক্না মসিন্থু হায়রম্মী, "ঐনা করিগুম্বা উতুপ অমা পায়রগা নখোয়গী মুর্ত্তিশিংসি ফুরবদি মখোয়না ঐঙোন্দা করি তৌবা ঙম-গনি?" ভাবক অমনা থুনা ঙংবগুম্না হায়রকই, "ঐনা কবিগুম্বা নহাক্কী ঈশ্বর অদুবু চৈববদি মহাক্না ঐঙোন্দা করি তৌবা ঙমগনি?" পাদ্রিনা হায়রম্মী, "শিববা মতুংদা মহাক্না নঙবু দণ্ডি পীগনি।" হিন্দুনস্থু শাওন' হায়রক্লম্মী, "নঙন শিববা মতমদা, মতৌ অদুম্না ঐখোয়গী লাই মুর্ত্তিশিংনা নঙোন্দা মতীক চাবা মনা প গনি।" উপানগী মশক মহাক্কী মহৈদগী থঙই। ঐনা মূর্ত্তি পূজা তৌবশিংদা অসিগুম্বা মীগু ফংব ঙম্মী, মখোয়গী চাবিত্র্য, অধ্যাত্মিক্‌ভাব অমম্থুং সুংশিবদা লাম্বা লৈতে। মতমদুদা ঐনা থল্লি—'পাপুগীস্থু অ'শে ব হায়বসি থোকপা য়াব্রা?"

অন্ধবিশ্বাস হায়বসি মীওইবগী অচৌবা য়েক্নবনি, অদুবু নক্ষ্‌না মতুদগী হেন্না চাওই। ফরে, ঈশ্বর মফম খুদিংমক্তা লৈবা ওইববদি খৃষ্টানশিংনা গীর্জ্জা কৌবা, মনীংতম্বা মফম অমত্তদা খুরুম্‌ কবিগী চংলিবনো? 'ক্রোস' পু অম্থুক শে'না কবিগী খল্লিবনো? খুরুম্বা মতমদা মথক্লোমদা করিগী য়েংখৎলিবনো, কেথোলিক খৃষ্টানশিংগী গীর্জ্জাদা মুর্ত্তি অম্থুক য়াম্না থল্লিবা করিগীনো? প্রোটেষ্টেন্ট খৃষ্টান-শিংনা খুরুম্বা মতমদা খম্মোয়ম্থুংদা মুর্ত্তি মযাম ভাবনা চিংশিল্লিবা করিগীনো? ঐগী ইচিন-ইনাওশা! পূক্নিংদা মুর্ত্তি অমা লাক্তনা করিগুম্বা অমা খন্না হায়বসি নিংশা খোব হোন্দনা হিংবমুক

ওইথোক্কবনি। নীংশিংবগী শক্তি হেন্না হায়বসি মহৌশাগী ওইনা জড়মূর্ত্তিবু উবগা মীওইবগী রাখনগী লংখৎপা হায়বদু ওই নত্রগা পুক্লিংদা ভাববিশেষবী হৌগৎলক্কনা মহাক্কী মশক অথোইবা মূর্ত্তি-গীশু ফোংদোকই। মখম অসিনা হিন্দুশিংনা থুরুমজবা মতমদা মশক অদুবু শিজিন্নবনি। মসিনা উৎকনি মতুদি মূর্ত্তি অসিমক্তা নহাক্কী ধ্যান তৌজবা মতমদা ঈশ্বর পরমেশ্বর অদুদা অমত্তা ওইনা লেংহন্দনা লৈবদা মতেং ওইহল্লি। মসিনদি নখোয়না মসিমখৈদি নিংথিনা খল্লে মতুদি মূর্ত্তি হায়বসি ঈশ্বরতুমক্তি নত্তে অতুগা শিনথুংবা হায়বতুম্মু নত্তে। অতুগা তশেংনা হংলুববদা সংসারগী মানা সর্ব্বব্যাপী ওইবগী অর্থবু কবিনি হায়না লৌবগে ? মহাক্তি শুপ্নগী ব হৈ অমা নত্রগা থুদমগী মশক্তি। পরমেশ্বরগী করিগুম্বা ক্ষেত্র অমা লৈব্রা ? লৈত্তেদনা ? অতুমকপু ঐখোয়না সর্ব্বব্যাপী হাযবা রাহৈবুদি শিজিন্নরি, মতমতুদা ঐখোযনা পাক্লবা অকাশ নত্রগা চাওববা পৃথিবীগী রাখন তৌহনা পুক্লিংদা চিংশিন্না নত্তনা অতোপ্পা করি তৌবগে ?

য়াম্না শুঙাইবা রানি, মশাগী প্রকৃতিগী নীযম মতুংইন্না ঐখোযদ ইশাগী থম্মোযদু গী রাখনবু অশংবা আকাশ নত্রগা মপান লৈত্রবা সমুদ্রগী কল্পনাগা মরী লৈনহন্না তায়, মতো অম্মুন্না ঐখোয়না অশেংবগী ভাবপু ইশাগী স্বভাববী মতুং ইন্না গীর্জ্জ, মসজীদ নত্রগা ক্রোসনচিংবগা তিজিন্নহল্লি। হিন্দুশিংনা অশেংবা মতৌ, মক্ষম থুদিং শিনথুংবগী মতৌ অসি অসিনচিংবগী রাখনগী মবি তোঙান তেঙাম্বা দেব মূর্ত্তিশিংগা পূন্সিন্না ভাবনি, অহুবু থেৎনবদি মসিনি

অতোপ্পা মী মহাক্না মপুন্সি চুপ্পা গীর্জা অমগী মুত্তিগী ভক্তিদা লেপ্লি, খুমাং খক চাওশিন্দে ; করিগীনো হায়বদু মখোয়গীদি ধর্ম্মগী অর্থসি করিগুম্বা অথম্বা সিদ্ধান্তবু মখোয়গী পুক্নিংদা যানিংলগা মহাক্না মী, মচিন মনাওশিংগী ফনবা তৌবনি —সোমদা হিন্দুগী ধর্ম্মভাবনা পুম্নমক অশেংবা নত্রগা শংশ নত্তনা মযায়দা পুসিল্লি। মীওইবনা ঈশ্বরগা তশেং তশেং উনহনা মশামকপু ঈশ্বর ওইহল্লি। মুত্তিশিং, মন্দিরশিং, গীর্জাশিং নত্রগা শাস্ত্রগ্রন্থশিংবু ধর্ম্ম পুন্সিগী অঙাং ওই-রিঙৈগী তুংনফম নত্রগা মতেঙ্গী শরুক্তনি ; অদুবু মতুদগী হেনা চাওখৎহনগদবনি।

সাধক অমবু থক যি ভ্রোইদবনি। বেদগী রা লৈ, 'মপান্থোগী পূজা নত্রগা মুত্তি পুজা হায়বসি পুম্নমক্কী মখা ইথং থংবা ফিভমনি, মাঙ চংসিল্লক্রগা হোংনবগী মতমদা পূব্রিঙ্গা প্রার্থনানা সাধনাগী অনীশুবা তাঙ্ককনি, অদুগা পুম্নমক্তগী রাংবা ফীভম ঈশ্বরগা শংশং উনবা অদুনি।' য়েংউ, খৌনকপগী লাইনাংনা হান্না মুত্তিগী মাঙদা লুকথহনা পূজা-খুনম্বনচিংবদা পূব্রিং চঙলম্মী, তৌজিক জ্ঞান লাব্রবা মতমদনা করি হায়রে হায়বদা, 'নুমিৎনা মহাকপু ভালহন্বা উমদে, থানস্থু থরানমিচাক্রস্থ বাজলাগী মভাম্নস্থু পরমেশ্বরবু ভালহন্বা উমদে, চুম্নগী মৈনদি কবি তৌগনি। মখোয় পুম্নমকপু পরমেশ্বর অদুনা মরম ওইদুনা ভাল্লিবনি।' মপান্থোংগী মুত্তি পুজাদা মীংথোইরবা মহাক্না অতোপ্পা ধর্ম্মগী মখা পোনবগুম্না মুত্তি পুজাদা নিন্দা ভৌদে, অদুগা মাঙোন্দা পাপকা মক্ত হায়দে। মহাক্নদি মদুবু পুন্সিগী তঙাই ফদ্রবা ফীরেপ অমনি থন্দুনা মতবু য়াজে। 'অঙাং ওইবা হায়বাস

নহানচি'বগী পুন্সি পীবত্নি।' অদু ওইববদি অহন ওইরবা মী অমনা মগাক্কী অঙা' ওইবিবৈগী মতম অমদি নহা ওইবগী মতৌহ্বু পাপনি নত্রগা ফত্তবানি হাযদা মতাক চাগদ্রা ?

মী অমনা মগাক্কী ব্রহ্মভাব অহুবু মুক্তিগী মতেংনা লায়না খঞ্জবা ঙম্নবদি মহুবু পাপ্নি হাযব চুমত্র ? অদুগ' মহাক্না মহুদগী রাংনা কাহৎ খবা মতমদা মুক্তি পুজা অহুবু অবান্বনি হাযবদি মতৌক চাবোই। হিন্দুগী মীৎযে'দদি মীওইবা অবান্বদগী অচুম্বদা খক চঙসিন্দে। মখোযদি অচুম্বদগী অচুম্বদা, হন্থবা অচুম্বদগী হেক্কৎপা অচুম্বদুগী মাহৈকেদা চঙসিল্লি। হিন্দুগী মত মতুংইন্না পীক্রব' অজ্ঞানগী ধর্ম্মদগী বদান্তগী অনী লোঙদ্রবা বাথন অহু ফাওবগী মঙ্গুংদা লৈবা ধর্ম্ম খুদিংমক, মখোয পুন্নমক পোক্লকপা অমদি ফাবেপ খেংনববস্মু লোহনাইদবা ব্রহ্মজ্ঞান অমদি অপুম্বা অহুগী উপাযদি অহুম ওইবৈ। জীব খুদিংমক নহা ওইরিবা গরুড় হাযবা উ:চক্কী পাঙ্খক্নি, মহুনা তপ্না তপ্না বাংনা পাইখৎখিবনা খব খব অস্তুম শক্তি হেক্কৎখিহুনা মমৈথ'দ'দ মঙানগী মশক ওইনবা নুমিৎ ফাওবা যৌবা ঙম্মী।

তোঙান তোঙান্বদা অপুম্বা— মসিদি প্রকৃতিগী খুংসেন্নি। হিন্দুশিংদি মসিবু নীংথিনা খঙই। অতো'প্পা ধম্মশিংদা অবেপ্পগী মওংদা নীযম খব সেম্মী, সমাজ পুম্নবু মতমক যাগদবনি হাযনা নম্মী। মহুদি, সমাজকী মাঙদা নাপ অমত্তদা ফুরিৎ তুবগুম্বনি, মহুবু জেক্কস্ম, জোহন্দস্ম, হেনবীদস্ম চাননবা নমহুনা লিংকদবনি হাযবগুম্বনি। অহুগা ফুরিৎ অহুনা জেক নত্রগা জোহন্দা চাদে অত্ত ওইববদি মহাক ফুরিৎ যাঙদন' হক্কচাং ঙাক্ক লৈবা তাবনি।

হিন্দুশিংনা অবেপ্পা ব্রহ্মতত্বগী মপুঙ, ধারনা নত্রগা মঙান অহুদি শুপ্নগী লেপ্তবগী মতেঙদগীতা ওইথোকই, অমস্নুং মুর্ত্তি, ক্রোস নত্রগা থা চিবদি শুপ্নগী অধ্যাত্মিকপু চাওখৎহন্নবগী মতেংগী মশক্তি। মখোযহুদি ধর্ম্মগী রাখন কযানা হন্না হন্না খুংজিল্লবিবা উচুকশিং অহুনি। মীপুম থুদিংমক্কী সাধন অসিগী দর্কার ওই হায়বদি নত্তে, অহুবু কযামকমগী মসি তঙাইফদবনি; অহুগা মসিগী মতেঙ চঙদবা মীওইশিং অহুনস্থ সাধনা অসিগী মতেং লৌবা মতীক চাদে, লাল্লি হায়না হাযবগী মাথৌশু ওইদে, অধিকাব লৈতে।

তঙাই ফদনা ঐনা মসি হায়বা তায মহুদি ভাবতবর্ষগী মুর্ত্তি পুজা অসি কৌনিঙাই অমস্নুং ফত্তবগী রাফম অমত্তা লৈতে। মসি মুন্বান্নবগী পোক্লবীস্থ নত্তে। শুপ্নগী ফোংদোক্পা ঙমদ্রিবা পুক্লিংগী-দমক অরাংবা অধ্যাত্মিকী রাখনবু ফংনবা উপাযনি। হোয, হিন্দু-গীস্থ দোম কযামরুম শোযদনা লৈগনি; অহুবু মসিমখৈ থংজিন্বা তায় মহুদি মখোযনা ( হিন্দুনা ) মশাগী দোষ অহুনা মশাতবু দণ্ডি পাবগী পাঙ্গন্তমক লৈজৈ, অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপবু মখোবি মেৎপদি তৌদে। ধর্ম্ম লৈতবা হিন্দু অমনা মশাবু চিতা মথক্ত নৈ থ দোক-চবদি ঙম্মা অহুবু ইউরোপ্তা ইশাইশিংনা তৌখিব অহুগুম্বা অতোপ্পা ধর্ম্মবু থাননবা 'ইনক্বিজিশন'গী মৈ অহুবু হৌগৎপদি থক তৌগোই। অদুমকপু রাফম অসিদা মহাক্কা ধর্ম্মদা ডাইনশিংবু মৈ থাবগী দোষ নপতুনা লৈবগুম্না দোষ যাম্না লৈবে হায়বদি ঙম্লোই।

মরমসিনা হিন্দুশিংগী মীৎয়েংদা ধর্ম্মজগৎ পুম্বগী তোঙান তোঙাম্বা লমচৎ চৎপা হুপী হুপাশিংগী তোঙান্বা ফীভমশিং অমদি

ফীরেপশি'দগী খোরকপা ঈশ্বর ফংবগী মীৎয়েং অদুতদা খোঙশাঙ্গি, চংশিল্লি, ধর্ম্ম খুদিংমক অরেপ্পা লৈতবা রাংন্দগী হৌবা মীওইবনু ব্রহ্মদা নমশিন্নবদা পুক্নিং চঙনা হোংলৈ অদুগা ঈশ্বর অদুদি ঙসি ধর্ম্ম পুম্নমক্তা পামজবিবদুনি। অদুদি ধর্ম্ম পুম্নমক অসিনা অশুক য়াম্না অমগা অমগা য়েক্নরিবসি কবিগীনো? হিন্দুশিংনা হায়, য়েক্নরিবা অসিদি মপাম্বোংগীনি, লুংগী নত্তে; তোঙান্বা মওংদা হৌরকপা তোঙান তোঙাম্বা প্রকৃতিনা পুবা মীশিংবু শিজিন্নবা ওইনবগীদমক অমত্তা ওাযবা অচুম্বা অদুনা মতৌ অশুম্না অমগা অমগগী মনক্তা লৈব য়েক্নবগী রাখন অদুগী মশক লৌই।

মঙ ন অমত্তনা তোঙান তোঙান্বা মচুগী মীংশেল্লা ফাওবগা তোঙান তোঙান্বা শক্তমদা ফোংদোকই। তোঙান্বা লমচৎ নাইবা মীশিংগীদমক মথক্কী অশুম্না ওইবগী মীংয়েংদা ঙক্নিংঙাইনি। অদুবু পুম্নমক্কী থম্মোযলুংদা—পুম্নমক্কী ধর্ম্মদা অমত্তা ওইব মগাক্কী লৈফাম্ন। কৃষ্ণ অবতাবদা ভগবান্না পাওতাক অসি হিন্দুশিংদা পীবিবম্মী, "ধর্ম্ম খুদিংদ, ঐনা, মোটি মালাগী লংলাগুম লেংদুনা লৈ।" "মীওইবগী স্বষ্টীবু হেজংহল্লিবা, যোকলিবা, থোইনা শেংবা অমম্মুং থোইদোক হেন্দোকপা শক্তি ওইনা নঙনা উরিবা পুম্নমকসে খঙউ ঐগী তেজগী শরুক মচেৎ অমনা ওইবনি।" অদুগা পাওতাক অসিগী ফলনা করি ওইবে? ঐনা সংসাব অসিদা পবীক্ষা অসি লৌবা পাম্মী, মদুদি সংস্কৃতকী দর্শনশাস্ত্র পুম্বদা মসিমত্তং পুথোক-পীরকউ মদুনা হিন্দুতগী উদ্ধাব ওইবা মযামগী নত্তবা। ভগবান কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসকী রা লৈ, "ঐখোযগী জাতি অমম্মু' সম্প্রদায় অসিগী রাংমদম্মু মপুং ফাবনু যোব। মীওইশিং লৈবি।"

ৱাফম অমগা লৈনি। অসিগুম্বা ৱাহং থে নকপা য়াই, মতুদি ঈশ্বরদা অস্নুক য়াম্না মমাই ওইসন্নবা হিন্দুদ', জ্ঞান যাওদবা বৌদ্ধ ধর্ম্ম অমস্তুং ঈশ্বর লৈতে হায়দা জৈনধর্ম্মদা মতৌ করম্না শ্রদ্ধা লৈবিবনো ? বৌদ্ধ ধর্ম্ম অমস্তুং জৈনধর্ম্মনা ঈশ্বরদা থাজদ্রবস্মু মখোয়গী ধর্ম্মদ' "মীওইবদা লাইগী মতৌ নত্রগা ঈশ্বরগী মতৌ ফোংদোকই" হায়বা থোইনা চুম্নবা অসিদা অকম্বা পীশিল্লি অমস্তুং মসিমকপু ধর্ম্ম পুম্বগী কেন্দ্র ওইবা অচুম্বনি। মখোয়না জগৎকী মপা জগদীশ্বর অতুবুদি উদ্রবস্মু ফরে, অতুবু মহাক্কী মচা শকপা, লমচৎ নাইবা মীশক বুদ্ধদেব নত্রগা জ্ঞানবুদি উবি। অতুগা মচা-সুপাবু উরবদি মপাবুস্ম উববনি।

ইচিন ইনাও পুম্নমক। হিন্দুশিংগী ধর্ম্ম বিচারগী শম্লপ্পা শক্তম অসিনি। হিন্দুনা মহাক্কী য়োজনাগী মতুং ইন্না থরক পুম্বা তৌবা ঙমদবা য়াম, অদুবু কবিগুম্বদা পৃথিবী পুম্বগী ধর্ম্ম ওইবা ঙম্নবদি, মহাক অদু মফম মতমগী মখা থক পোল্লোই ; মদু লোইনাইদ্রবা ভগবান অদুগা মান্ননা লোইনাইবোই, ভগবান অদুগী মবীদা পাঙ-তাক পীগনি ; মডান অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তশিংদা অমস্তুং ইশাগী প্রেমীশিংদা, সন্তশিংদা অমস্তুং পাপীশিংদা চপ মান্ননা ফোংদোক-পীগনি ; মদুনা ব্রাহ্মণশিংগীতা ওইরবা, বৌদ্ধশিংগীতা ওইদব, ইশাই অমস্তুং মুসলমানশিংগীতা নত্তব, থোইদোক্লা ধর্ম্ম পুম্নমক্তিগী মান্নবা শক্তমদা ওইদুনস্মু মাঙোন্দা চাওখৎপগী লোইনাইদ্রবা লম্বী হাংদোক্কদবনি, মদুনা অম্নক য়াম্না পাক চাওসনু মদুদি মহাক্কী মশিং লাবঙমদনা তিংথোক্লিবা মখুৎনা সেম্লবা মীপুম খুদিংমকপু কোম্বিসনু

অমস্তুং মহাক্কী থম্মোয়দ' থমদিসনু, মীশক অহু শাহিং চাব শাদগী খুদং রাংব ওইসনু, থোইদোক্লা তোম্বা বর্বর অমস্তুং জঙ্গলীমকস্তু করিগী য়াবোই, নত্রগা থোপকী অমস্তুং থম্মোয়গী অফবা গুণশিংগী মতেংনা মীওইবা সমাজদগী মহাকপু লাইমক্কা মান্নবা পুজা তৌবা ফাওবা রাংখৎলোইদৌবা নত্তে। অদুগুম্বা সংসারগী ধর্ম্ম অছুদি অত্তুমা ওইগনি মত্তদা থাজদবশিংদা ওৎনৈবা নত্রগা মখোযগী খাংবা ভমদবগী মতৌ উৎথোকপগী নীতিদি নৈরোইদবনি ; ধর্ম্ম অদুনা মুপী নত্রগা মুপা খুদিংগী ঈশ্বর ওইবগী শক্তমবু য়ানিঙ্গনি অমস্তুং মহুগী পাঙ্গল পুম্বা মীওইববু অশেংবা, ঈশ্বরগী, প্রকৃতিগী শংশংনবগীদমক মতেং পীবদা কেন্দ্রিৎ ওইগদবনি।

নহাক্লা সংসাবগী কান্নবা ধর্ম্ম অমা পুথোকপিয়ু, অদুগা নৈবাক পুম্ববু নহাক্কী নখা পোম্বা ওইগনি। সম্রাট অশোক্কী ধর্ম্মসভাদি শুপ্নগী বৌদ্ধধর্ম্মগীতা ওইবম্মী। বাদসাহ আকবরগী ধর্ম্ম পরিষদস্তু মতীক য়াম্না চাব ওইবম্লবস্তু শুপ্নগী সভাগী নৈতেং তমক্কী পোৎশক ওইবম্মী; অদুবু "ধর্ম্ম খুদিংদা ঈশ্বর লৈ" হায়বা রাফম অসিবু নৈবাক খুদি মক্তা লাওথোক্লবগী পোৎলুমদি মহৌশা লাইবেম্বীনা আমেরিকাগাদমক্তা থাকপিবম্লে।

হিন্দুগী ব্রহ্ম, পার্সিয়াগী অহুরমজদ, বৌদ্ধশিংগী বুদ্ধ, মুসলমানগী অল্ল', যীহুদি শিংগী জিহোবা অমস্তুং ঈশাইশিংগী স্বর্গগী মপা ওইবিবা ঈশ্বর অদুনা নহাক্কী থৌজনগী পান্দমবু থবক্তা ওন্থকহন্বগী পাঙ্গন পীবিসনু। নোংপোক অতিয়াদা নক্ষত্রনা থোরকই; করিগুম্বদা মুংলি মুংলি করিগুম্বদা য়াম্না লংনা তপ্না তুপ্না

নোংচুপকী মাযৈকেদা চৎন চৎনা জগৎ থুংনা কোইরম্মী অতুগা অমুক হন্না নোংপোক অতিয়াদা, সানপো তোর্ব্বান্দগী শরুক লিশিং হেন্না লংতুনা থোবকই।

হে নীংথা তম্বগী মমা ওইববী কোলম্বিযা, নহাক থাগৎ-নিঙাইনি। নহাক্না নহাকী যুমলোন্নবশিংগী ঈনা নঙগী নখুৎপু মিংচৎ থিহন্নি, নহাক্না নহাকী যুমথংনবগী মপোৎ হুবগা নহাকী অন-থূম চাওখৎনবা হোৎনদে। মবমসিনা নহাকমক চাওখৎপা জাতিশিংগী মাংজিন থাব ওইতুনা শান্তিগী ফীবাল পাইহন্বগী অধিকাবিনী ওইগনি।

# ভারতকীদমক ঈশাইনা করি তৌবা ঙম্মী

## ( তরাশুবা নুমিৎ, সেপ্তেম্বর ২০, ১৮৯৩ )

ঈশাইশিংনা অশেংবা দোষাদোষ কয়াবু খাংনবা সেম শাহ্নবা লৈসমু ; ঐহাক্না মখোয়গী দোষ খরা পুথোকপা মখোয়না শাওরেংই হায়না নাংঙৌ। নখোয়না নখোয়গী ধর্ম্ম শন্দোকপা মীওইশিং অতোপ অতোপ্পা দেশশিংদা থাদুনা মুর্ত্তি পুজা তৌবশিংবু নখোয়গী ধর্ম্মদা চিংশিন্নবা কন্না হোৎনবি, অদুবু চিঞ্জাক লৈতদুনা শিগদোরবা মখোয়বু কন্ননবা নখোয়না উপায় খরদং করিগী তৌদ্রিবনে ? ভারতবর্ষদা অকীবা ফংনা চাক্তাংবা থোক্লুনা মী লিশিং লিশিং লাম্বদগী শিগ্রে, অদুবু নখোয় খৃষ্টানশিংনা করিগুম্বা তৌখিদে। নখোয়না ভারত থুংনা গীর্জ্জা শারি, অদুবু নে ংপাকলোমদা ঈখোয়লাংনা নিরিবদি ধর্ম্ম নত্তে, মখোয়গী মতাক চানা ধর্ম্ম লৈজে— অদুবু কললবা খোনাও লক্ষা কয়ানা ভাবত্তা লাওরিবদি 'চিঞ্জাক', 'তন' নি। মখোয়না ঐখোয়দা তন নিরগা ঐখোয়না মখোয়দা নুংহুম পিবে। চরা হেল্লবা মীদা ধর্ম্মগী পাওতাক পীবদি ইকাইবা পীবনি। চরা হেল্লবা মীদা অধ্যাত্মিক তত্ত্ব তাকপদি ইকাইবা পীবনি, ওৎপনি। ভারত্তা পৈশাগীদমক ধর্ম্ম পাওতাক পীবা পণ্ডিত অদুদি জ.ৎ তায় অমম্সুং মীশিংনা তিন শিংনৈ। ঐনা মফম অসিদা লাকপদি ঐগী লাইররবা চিঞ্জাক ফংদ্রব প্রজাশিংগীদমক মতেং খরদং থিবা লাকচবনি অদুবু ঐনা তশেংনা থংলে মদুদি ঈশাই ধর্ম্ম চৎপা কাংবুদগী, থোইদোক্না মখোয়গী লৈবাক্তগী, মুর্ত্তি পুজা তৌবশিংগী মতেং ফংবা হায়বসি কয়াদা লুরবনো !

---

# বৌদ্ধ ধর্ম্ম অমসুং হিন্দু ধর্ম্ম

## ( তরাতরুকশুবা নুমিৎ, সেপ্তেম্বর ২৬, ১৮৯৩ )

ঐহাক বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপ মীওই নত্তে, ময়াম্না তাবিগ্রবনি, অদুবু ঐ বৌদ্ধ অমনি হায়বদা দোষ করিশু লৈতে। চীন, জাপান নত্রগা সীলোনগী প্রজাশিংনা মহাপুরুষ বুদ্ধগী পাওতাক মতুং ইন্না; অদুগা ভারতবর্ষনা মহাকপু ঈশ্বরগী অবতারনি হায়না পুজা তৌনৈ। নংগোয়না হৌজিক হৌজিক্তা ঐহাক্না বৌদ্ধ ধর্ম্মবু সমালোচনা তৌব তাবিগ্রে, অদুবু ঐহাক্কী অনীংবা অদুদি মহাক্কী অরাম্বা ময়াম পুথোকখিবদি নত্তে। মহাকপু ঈশ্বরগী অবতারনি হায়না নীংঙিবা ঐনা মাবু দোষ পীব্রদি ঈশ্বরনা কম্বিসন্নু। তৌইগুম্বসুং বুদ্ধদেবগী মরিদা হিন্দুনা নীংবদি মহাক্কী শিয্যশিংনা মাগী পাওতাকপু তশেংনা চুম্না লৌদ্রে হায়বসিনি। হিন্দু ধর্ম্ম ( হায়বদি বেদগী ধর্ম্ম ) অদুগা হৌজিক বৌদ্ধধর্ম্মনি হায়বিবসিগা অনিগী মরক্তা লৈরিবা মরি অসি চাওরাক্না যীহুদিগা ঈশাই ধর্ম্মগা লৈনবা মরিগ মরৈ। যীশু খৃষ্ট যীহুদি মচানি, অমসুং শাক্যমুনি হিন্দুনি। যীহুদিশিংনা যীশু খৃষ্টবু ইম্থোকপদা নত্তুনা পাং থিংদুনা হাৎলি অদুগা হিন্দুশিংনা শাক্যমুনিবু ঈশ্বরমক্কি থম্না পুজা তৌই। তৌইগুম্বসুং চৎনরিবা বৌদ্ধ ধর্ম্মদা অমদি বুদ্ধদেবগী পাওতাক্তা তাংদাংবা লৈরিব থেংনবা অদুবু হিন্দুনা উৎথোকপা পাম্ম', মরু ওইবদি শাক্যমুনিনা অনৌব পাওতাক অমা পীনবগীদমক অবতার তৌবা নত্তে। মহাকমু ঈশাগী মতৌ-গুম্না ধর্ম্মবু মপুং ফাহন্নবগীদমক্তা লাক্লম্বনি, মদুবু মাঙহন্নব লাক্লম্বা নত্তে। মরম হায়ববু, যীহুদিশিংনা যীশুবু মশক শেংন খঙদবগুম্না

বুদ্ধদেবগী শিষ্যশিংনা মহাক্কী পাওত্তাকপু শেংনা খঙদে। যীহুদি-শিংনা 'ধর্ম্মগী অবিবা লাইবিক' ( old testament ) পু মপুং ফাহন্নবু খঙদবগুম্না বুদ্ধদেবগী শিষ্যশিংনা মহাক্কী পাওত্তাকপু হিন্দু ধর্ম্মগী অচুম্ববু প্রমাণ তৌবনি হাযবা খঙখিদে। অমুকন্সু হন্না ঐনা হাযনি, শাক্য মুনিনা হিন্দু ধর্ম্মবু থুগাইবা লাকপা নত্তে গুপ্নগী হিন্দু ধর্ম্মবু মপুং ফাহন্নবগী সম্পাদক ওইবম্বনি, পবিণতি ওইবা স্বভাবনি, যোগনা তিন্বা চাওখৎপনি।

হিন্দু ধর্ম্মগী শরুক অনিনি ; অমনা কর্ম্মকাণ্ড, অমনা জ্ঞান-কাণ্ড জ্ঞানকাণ্ডদি অখঙ-অহৈ সন্ন্যাসীশিংনা তৌই। মসিদা জাতিভেদ লৈতে। ভাবতবর্ষদা অচৌবা অপীকপা জাতি পুম্বা সন্ন্যাসী ওইবা য়ায, জাতি অনিমক চপ মান্নৈ। ধর্ম্মদা জাতি খেৎনবা লৈতে। জাতি হাযবসি সমাজগী অপুম্বা মশক অমনি। শাক্য মুনি মশামক সন্ন্যাসী অমা ওইবম্মী, অদুগা মহাক্কী চাওবৰা থম্মোয়গী মঙাল লৈবম্মী, মহুনা মহাক্না বেদগী লোৎতুনা লৈবা অচুম্বদুবু পুথাক্লগা সংসাব পুম্বদা প্রচাব তৌবম্মী। মহাক পৃথিবীদা ধর্ম্ম শন্দোকপা ওইনা খুৎ থাবম্বশিংগী মথং‌দা অহানবা অমা ওইবম্বতা নত্তনা ধর্ম্মদা লাইমিং লৌবিবা অহান্ব মুপা অমম্ব ওইবম্মী।

জীব পুম্বা অমম্বুং খে ইদোক্লা পঙলবা অমদি য়াবব মীগী অঙকপা মুংশিবমক মহাপুরুষ অসিগী অথোইবা লেমজনীভাইনি। মহাক্কী শিষ্য খবদি ব্রাহ্মন ওইবম্মী। বুদ্ধদেবগী ধর্ম্ম-উপদেশ মতমদ সংস্কৃত হাযবসি ভাবতকী চৎনবী লোন নৎমলদে। মতমছুদা গুপ্নগী

পণ্ডিতশিংগী লাইবিক অচৌবগী লোল ওইবম্মী। বুদ্ধদেবগী শিষ্য ব্রাহ্মন খরনা মহাক্কী পাওতাকশিংবু সংস্কৃত লোন্দা হন্দাকপা পাম্লম্মী অদুবু শাক্য মুনিনা হায়বম্মী, "ঐদি লাইবরা অরাব মীগী-দমক লাকপনি, অদুনা মখোয়গী লোন্দা পাওতাক পীগনি।" মরম অসিদগী মহাক্কী পাওতাক অযাম্বা মতমদুগী লোন—প্রাকৃত-তা ফংই।

দর্শন শাস্ত্রগী লৈফম অসি কয়াদা রাংথ্রবনে', অদুবু অশিবনা লোক অসিদা লৈবিবমথৈ, মীওইবগী থম্মোয়দা অশোম্ব, লৈবিব-মথৈ, মীওইবগী থম্মোয়মুংদগী অশোম্বা অরাবগী তেংথাখোনবু মপান্দা তাম্বোকখিবমথৈ, সংসার অসিদা ঈশ্বর নীংবদা শোগ্থগনি।

দর্শন শাস্ত্রগী মাইকৈদগী যেংলগা, মহাপুরুষ অসিগী শিষ্য-শিংনা বেদগী লেঙদ্রবা মুংথক্তা মথোং মখুৎ যাম্না নোইবম্লে, অদুবু থুগাইবদি ঙমখিদ্রে। অদুগা অতোপ্পা মাইকৈ অমদগী যেংলগা মাথায়না প্রজাগী মরক্তগী মুপা মুপী খুদিংগী প্রেম ভক্তিগী তুংনফম ওইবিবা লেঙদ্রবা ঈশ্বর অদুবু পুথোক্লগ ফাওবা হোৎনবম্মী। মদুগী মহৈনা করি ওইখ্রে? হৌজিক্তি মহাক্কা পোল্লফম ওইবিবা ভারতবর্ষদা মুপা মুপী অমত্তনা মশাবু বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপনি হায়বা লৈতবমথৈ ধর্ম্ম অসি ভারত্তগী মরু ফংনা মাঙখ্রে।

অদুবু বৌদ্ধ ধর্ম্মনা মুৎথিবদা হিন্দু ধর্ম্মগী মচেৎ খরদি কায়থি —মাঙোন্দা সমাজ শেংদোকপগী থৌনা অমম্মুং হৈশিংবা, জীবগী ওইবা মওং, অঙকপা মীমুংশি অমম্মুং থৌজান অমদি পুম্ববু পুল্লম্বা অথোইবা হৌগৎপগী ঈপোম লৈখিদ্রে. মতমক্তা, বৌদ্ধ ধর্ম্মনা

মী-মী পুম্বদা ঈচেল অম থম্নম্বা অমদি মহৈ ওইনা ভারত জাতিনা য়াম্না ৱাংজরম্বা অমদি চাওজরম্বা মতুদি মতমগুী ( য়ুনানী ) গ্রীক্লকী ইতিহাসকার অমনা ইরম্বা হিন্দুশিংগী মরক্তা অবাম্বা ঙাংবা কনা লৈতে, হিন্দু স্ত্রী মবক্তা মপুবোইববু থওইদবা কনা য়াওদে !

হিন্দু ধর্ম্মনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম য়াওদনা লৈবা ঙমদে, বৌদ্ধ ধর্ম্মনসু হিন্দু ধর্ম্ম য়াওদনা লৈবা ঙমদে। ঐখোয়গী মরক্তা লৈবা কাইনখিবনা মসিবু শেংনা ফোংদোকই মতুদি বৌদ্ধনা ব্রাহ্মনগী দর্শনশাস্ত্র অমসুং লৌশিং য়াওদনা লৈবা ঙমদে অতুগা ব্রাহ্মনসু বৌদ্ধগী চাওবব থম্মোয় য়াওদনা, মসি অশেংবনি। বৌদ্ধ অমসুং ব্রাহ্মনগী মরক্তা মত্ত খেৎনবা অসি ভারত্তা মাঙনবা মশক্তি। মবম অসিনা হৌজিক ভারত্তা চাক্লিবা লম্বোইবা কড়োড় অহুমগী লৈফম ওইগ্রে, অমসুং চহি লিশিংদগী মীবৈবাক মচানা লান্দারক্তুনা মীথা পোনগ্রে। মবম অসিনা, লাও, ঐখোয় ব্রাহ্মনগী অতুগুম্বা লৌশিংতুগা লোইননা মহাপুরুষ বুদ্ধদেবগী অথোইবা থম্মোয়গা, অচৌবা ভাবনাগা অমসুং মীগী কান্নবতা ওইব' শক্তিগা পুন্সিন্নগা অমত্তা ওইহনসি।

---

# বিদায়

## ( ১৭শুবা নুমিৎ ( অরোইবা ) সেপ্তেম্বর ২৭, ১৮৯৩ )

সংসাবদা ধর্ম্ম পুগমক্কী সভা মপুঙফাবা মওংদা ঙসি তশেংনা পাঙথোকখ্রে। মশাগী যেংদনা হোৎনতুনা মসিবু শিল্লাংলিবশিংনা মহৈ যাম্না অফবা ফলগা লোইননা পুথোকখিবদা পবমেশ্বরনা মতেং পীবিখ্রে ।

মখোযগী পাক চাওববা থম্মোযনা অমদি অচুম্বা পান্দদগী অসি-গুম্বা অংকপা কল্পনা তৌবগা মতুবু থবক ওইনা পাঙথোবকলিবা বাখন চাওবশিংতুবু ঐনা থাগচ্চবি। সভা অসিদা চুথখিবা মখোযগী থৌজ্ঞানগী বাখন অহুবু ৭হাক্রা থাগচ্চবি। অমগা অমগগী মত থেং নবদগী মবক্তা থেংনকপা চনাংনবু ইংথহন্নবা লাক্রবদা ঐহাকপু ইকাই খুমনা থৌজানবিখিবা অমদি বাখন পুম্নবু ইকাইখুম্ননা যাবি-খিবা তাবিনিবা অথংঅহৈশিংবু থাগৎচ্চবি। অসিগুম্বা খংনব গুন্নবা খেঙ্গেন মকক্তা খেন্নাং কাযবম্ভ মবক মবক্তা হেক হেক লাখি। মখে যশি হুবু থেইনা হেন্না থাগচ্চবি, কবিগী হাযববু মখোযনা মাখংবগী অঙকপ খেঙ্গেন অহুনা খংনবগুম্বা অসিবু থোইনা হেন্না খে ইথুম্নহনখি।

ধর্ম্ম তিম্বগী থোইদক হেন্দোকপা মবি পুম্বগী বীম্নযদা কযা কযা হাযনখ্রে। হৌজিক ঐহাক মতগী মবি মযাম মাঙদা পুথোক-চবাবোই। অতুবু ঐনা মসিমদি হাযনিংই— মতুদি কনাগুম্বনা তিন্নবা অসিদা ধর্ম্ম অমনা জয ওইবে অতোপ্পা লেমহৌবশিংনা মাঙহনা মথা পোনখ্রে হাযনা খল্লবদি মাঙোন্দা ঐনা হায়জনিংই, "ইগ্নন

ইনাও। নহাক্কী রাখন অহু ওইথোক্তবনি।" ঐনা মসি পামত্রা? মতুদি ঈশাই কাংবু হিন্দু ওইবো। কৈদৌন্নুংদা নত্তে, ঈশ্বরনস্মু অস্মুন্না তৌদসনু। ঐনা হিন্দু অমদি বৌদ্ধবু ঈশাই ওইনবগী রাখন পোকপ্রা? ঈশ্বরনস্মু রাখন অতুদগী কয়িসনু। মঙ্কবু লৈবাক্তা হুল্লে; ঈশিং-মুংশিং-লৈবাক অকোইবদা হাপলে; মরু অহু লৈবাক ওইথিব্রা নত্রগা ঈশিং নত্রগা মু শিং ওইথিব্রা? ওইদে, ঈশিং-মুংশিং-লৈবাকপু মশাদা লৌশিল্লগা মখোয়দগী মহাক্কা মশা-মউবু ফগৎহন্দুনা চাওরবা উপাল ওইনা হৌবকই।

মতৌ অমুন্না ধর্ম্মগী মরিদস্মুনি। ঈশাইনা হিন্দু-বৌদ্ধ ওইদসনু অতুগা হিন্দু-বৌদ্ধনা ঈশাই। অতুগা, হোয, অমমন্না অমমমদগী মচিগী শক্তক অতুবু পূ নতুনা মশা ফগৎনবা হোৎনসনু, মশাগী অরেপ্পবু ঙাকতুনা মশাগী হৌনশা অতমক্কী মতেংনা বুদ্ধি ফংজসনু।

ধর্ম্ম পুন্নমক্কী পবিসদ অসিনা জগৎ অসিগী মাঙদা কবিগুম্বা অমা উৎলবদি মতু মসি ওইগনি— মহাক্লা অশেংবা, অক্ববা অমস্মুং থৌজান হৈবা হাযবসি কনাগুম্বা সম্প্রদায অমত্তগী সম্পত্তি নত্তে অমদি ধর্ম্ম খুদিংনা অথোইবা অমস্মুং থোইদোক্লা রাংব লমচৎকী মুপী মুপা পোকপা ওইসনু হাযবসি উৎলে।

হৌজিক মাঙদা উবরা প্রমানশিং অসি লৈবরমক্তদা কনাগুম্বনা সেবান্নরা ধর্ম্ম পুন্নমক মাঙলগনি অতুগা মাগী ধর্ম্মনা হেন্না থোইবনিনা হিংহৌবনি হাযনা মঙ মঙবা (খনবা) যাওববদি নহাক্কপু ঐগী থম্মোযনা মুংশিবিবি অমস্মুং তশেং তশেংনা হাযবিবসিনি, মতম অহু নক্লবনি মহুদি মীওইশিংতুনা থিংলবস্মু ধর্ম্ম খুদিংগী ফীবান্দা সনাগী মযেক্লা অস্মুন্না ইবরনি— 'মতেং, যেকুদবা,' 'রাখন মান্নব', রাখন থেৎনদবা,' 'তিন্নবা, শান্তি অমস্মুং মত্ত থেৎনদবা।'

## ৩। জাতীদা পীবা পাওজেল

মহাক নাস্তিক্নি মশাবু থাজত্রবদি! অরিবা ধর্ম্মনা লাইবু থাজত্রবদি নাস্তিক্নি হায়রম্মী। অদুবু অনৌবা ধর্ম্মনা হায়রি, মশাবু থাজত্রবা মীদুবু নাস্তিক কৌই। ※ ※ ※

পৃথিবীগী ইতিহাস হায়বসি মশাগী থাজবা লৈবা মী খরগী ইতিহাসনি। থাজব অদুনা থম্মোয়দুংগী অশেংববু কৌথোকই। নঙনা লোইনা ঙৌবা ঙম্মী। নহাক্কী মপান লৈত্রবা অদুবু শেংনা ফুদোকতুনা হোৎনস্রবতদা নঙনা মাইথিবনি। মী অমনা নত্রগা লৈবাক অমনা থাজব মাঙলক্লবদা থুনমক অশিবা লাকই। ※ ※ ※

থাজব, থাজব, ঐখোয় ইশাদ থাজব, থাজব! মসিনি অথোইবা অয়োনবা! নহাক্কা পৌরানিক শাস্ত্রগী লাই কোটি কুম্থ্রাহুমদোয়বু থাজববদি লাইয়াম মরক্তা অতেপ্পা লমলাই কয়াম্থ তত্তনা ফেনজিল্লরনি; অদুনা নহাক নশাবু থাজরক্লরোই, নঙনা অরান খুভম ফংলরোই। ※ ※ ※

থরায়গী ওইথোক্কবা লৈ হায়না থক খনগন্নু। অম্মুম্না খন্বদি খাইদগী চাওনা লোনচৎ কায়বনি। পাপ হায়বসি লৈরবদি, নহাক শোল্লি নত্রগা অতৈশিং শোল্লি হায়বসিমক পাপনি। ※ ※ ※

নঙনা হেক খম্বদু নঙনা ওইগনি। নঙনা নঙ শোল্লি খঞ্জরবদি নঙ শোনগনি; নঙনা নঙ কল্লি খঞ্জরবদি নঙ কনগনি। ※ ※ ※

ননীং তম্মু; অতোপ্পগী মত্তেং থক খনগন্নু। ঐনা হায়রিবসি অশেংবনি, নঙ নঙগী পুক্নিবু য়েংশিঞ্জরবদি নঙনা ফংগনি অদুগা

নঙনা মতমচুপ্পা অরেম্বদা মীগী মতেং ঙাইরবদি মহ থক লাক্লোই। মতেং থুদি মক নহাক নশাদগী লাকপ ঙাক্নি।

'নত্তে', কৈদৌঙুংদা হায়গনু ; 'ঙম্মোয়', কৈদৌঙু'দা হায়গনু, নহাক অসি মপান লৈতবনি। মখম অমসুং মতম ফাওবনা নহাক্কী শাজংকা চাংদম্নবা য়াদে। নঙনা অমাহেক্তা, লোইনমক তৌবা ঙমগনি, নহাক নতীক লৈবনি।

নহাক ঈশ্বরগী মচা মশুনি, লে'ইনাইদ্রবা থৌজান অশে'বা অমসুং মপুঙ ফাবা অত্থগী শরুক ফংনিঙ'ই'নি। নহাক পৃথিবিগী লাইনি,—'পাপী!' অম্মুম্না মীবু হাযবমক পাপনি ; মসি মীওইবগী লীচং মাঙনবা দলীলনি। থোবকও! হে নোংশা! নঙবু য়াওনি হাযনা নমথাক তৌবিবশি বু নীকহ'ল্ল ; নহাক থৱায়গী মাংদ্রবদুনি, মনীং তম্না শক্তিহনি, থৌজান ফংলবনি অমসুং লোম্না নাইদবনি।

হোৎনবা অতুগী, লানখিবা অত চিংনরুগনু। ঐহাক মন্না ওইদবা ঙাংবা তাদে, অতুবু মনদি মম্নি— মীদি নত্তে। মায়খিবা অসিগী চিংনগনু, তুং খজিক ৎংবগী চিংনগনু ; লিশিংলক থম্লো। নঙনা লিশিংলক মায়থিরবসু অমুক্ত গা হোৎনৌ।

অশোনবগী প্রতিকার শোম্নবদা ধ্যান তৌবনা থক ওইরোই, অতুবু থৌনা ফবতনা ওইগদবনি। থৌনা লৈবা তম্মু ; নশাদা থৌনা অতুম য়াওবনি।

উপনিষদকী বোমগুম্বা রাহৈ অমা লৈ, অপঙবা মরক্তা বোম মরুগুম্না পোকশাইবনি ; রাহৈ অতুদি— 'কিগন্দবা'!

থৌনা ফৌ, ঐগী নহা ওইরিবা মরুপশা। মসি ঐগী পাও-তাক্নি। গীতা নৈনবদগীদি খোংগাওবী শাম্নবনা হেন্না স্বর্গগা নক্নগনি। মসি অশেংবা রাফমনি। ঐনা নখোয়বু হুংশিবনা হায়বনি। খোংউপ্না কদায়দা তকপগে হায়বা ঐ খঙই! ঐহাক্না জ্ঞান খজিক্কুং ফংলে। নঙনা গীতাবু নহাক্কী অনি লোঙদবা—তোংশা খর কম্বত্তনা খঙগদবনি ;

ঐনা মীপুম থুদি দা হংনীংবদি— নঙ কল্লব্রা ? নঙ থৌনা ফংলব্রা ?— ঐনা খঙইবদি অচুম্বা অসিতনা থৌনা পী। — থৌনা হায়বা অসি পৃথিবীদা লৈবা লাইনা পুম্বগী হিদাক্নি।

মায পাক্নবা, নহাক অকিবগী মশক ফংনা ঙাকপা তাবনি, অকিবা ফংনা নাংগনি। 'ঐনা সমুদ্র থক্কনি' অম্মুয়া ঙাকপা কম্বা থরাযনা হায়, 'ঐগী অনীংবনা চীংজাওবু থুগাইগনি।' অতুগুম্বা শক্তি অত্থ লৈয়ু; অতুগুম্বা পুক্নিং অত্থ লৈয়ু। কন্না নেংম্মু অমসুং নঙ নঙগী পনথুংক্ষম যোগনি।

মনা মশিংগুম্না পঙনা লৈবা পুন্সিদগীদি শিবনা হেন্না ফৈ ; মায়থিরবা লাম্না ওইনা হিঙ্গদগী শরুক লানফমদা শিথিবনা হেন্না ফৈ।

ইনাও, নঙ কবিগী কপ্লি ? নঙগী অশিবশু য়াওদে, অনাবসু য়াওদে। ইনাও নঙ কবিগী কপ্লি ? নঙগী অরা অনাশু লৈতে, লাইবক থিবশু লৈতে। ইনাও, নঙ করিগী কপ্লি ? নঙগী হোংগনি হায়বা, শিগনি হায়বা লাইফাওশু লৈতে। নঙদি হাম্না লৈরবা মপুং অত্থনি··· নশাবু থাজো।

মীশিংনা হায়নীংবা হায়জসনু, নশাগী থাজবা অহুদা লেপ্পু, অকক্লবা থম্মু, পৃথিবী পুম্বা নখোঙদা তুনি। মখোয়না হায়, 'মীশক অসিদা থাজো মীশক অহুদা থাজো, অহুবু ঐনা হায়রি, "হায়া নশামকপু থাজো", মসিমক নীয়মনি। নশাবু থাজো—শক্তি পুম্বা নঙোন্দা লৈবনি— জ্ঞান লৈয়ু, মহুবু পুখোকউ। 'ঐ লোইনা তৌবা ঙম্মী' হাযয়ু। তপ্না চেকশিন্না শিজিন্নরবদি লীনগী হুম্ব মপাঙ্গন মাঙখিবনি ;

মতম অমদা ঐনা বরানসিদা লৈরিঙৈদা লম অমা ফাওহুনা চৎ-লম্মী, মাইকৈ অমদা চাওববা পুখ্রি অমা ঈশিংনা পীক থন্না লৈরম্মী মাযকৈ অমদনা রাংলবা লৈপন লৈরম্মী। লমপাক অহুম্ব য়োংনা পীক থন্না লৈরম্মী। ববানসিগী য়োংদি শাজাওনি কবিগুম্বদা য়ান্নবু তমথি। মখোয়না ঐবু লাম্বোকহন্নিংলমদে ; ঐনা লাম্বা হৌরকপদা মখোযনা খোংলম্মী অমম্বুং খোংদা কোল্লম্মী। মখোযনা হেঙ্গিল্লক্লবদা ঐ চেম্বা হৌরম্মী ; অহুবু ঐনা অহুক্কী মতীক কন্না চেল্লীমখৈ মখোয়ম্ব কনখৎলক্লম্মী। মখোয়না ঐবু চীকপা হৌবক্লম্মী। ঐ নাম্বোকপা ঙম্নী থাজরকত্রে ; খুদক অহমজুদা হুপা অমনা লাওরক্লম্মী, "মায় ওনশিল্লু অহুগা লাওহৎলু।" ঐনা য়োংশিংহুদা মায় ওনসিল্লম্মী, অহুদগীদি য়োংশিংহু নীংহন্নরম্মী মমৈদা চেনখিবম্মী। মসি পুন্নমকসী পাড়া অমনি— খুদোংথিবহু মায়য়োকনৌ, থৌনা ফনা মায়য়োক্নৌ।

লেপখৎলু অডুগা লান শোক্নৌ ! তু দা খোংকম অমা হনগনু, রাখন হায়বহু মহুনি। অরাকপা পুম্বা লাম্বেংনৌ। থৌরানমিচাকম্ব

অতিযাদগী লেঙসনু ! পৃথিবী পুম্বা ঐখোয়গী মায়য়োক্তা লেপসনু ! শিবা হায়বসি ফি হোংবগুম্বনি। মতুনা করি তৌনি ? অতুনা লাম্বেংনৌ ! নঙনা পাঙত্রবদা করিগুম্বা ফংলোই। তুংদা খোঙক্ষম হুল্লবদি নঙনা লাইবকথিব অমত্ত নাম্বোকপ ঙমলোই। নঙনা পৃথিবীগী লাই পুম্ববু কৌহুনা কপ্পু — অবা অনা কোকপ্রা ? নঙনা ময় পাক্লগত্তা ঈশ্বরনা নঙবু নতো পাংলগনি। অতুনা করি কানৈ ? শিবা শাম্নৌ। নহাক লোইনাইদবনি, শিব লৈতবনি, পোক্তবনি। মরমদি নহাক্কি লোইনাইদব আত্মানি, মহাক্না নংবু মীনাই ওইনবা সেমদে। হৌগংলু ! মীকপ থোক্লো। লেপখংলু অতুগা লান শোক্লৌ।

রাবেপ অমা থম্মু। রাবেপ অতুনা নঙগী পুন্সি সেম্মু—মতুত্তা খল্লু মতুত্তা খঙউ, রারেপ অতুদা হিংউ। থোপস্নু, তোংশাম্নু, শিংলিস্নু, নশাগী কায়রং খুদিংমক রাবেপ অতুনা থলহল্লু, অতোপ্পা র থন পুম্বা তোপ্পা থম্মু। মসিনি ময় পাকুবগী লম্বী। ... .... ঐখোযনা থৌজান ফংনীংলবা অতোপ্পবু থৌজান ফংহন্নীংলবা, ঐখোয় লুনা কুমথবা তায়।

লাম্বোকপা ! ঐখোয় মীকুপ অমফাওবা ঙমদে, পুক্নিংবু লাকশিম্বা, পুক্নিংবু বিষয অমত্তুদা থম্বা ঙমদে, অতৈ পুম্নমকপু থিংলগা বিন্দু অমদা মীকুপ অমত্তুং তাহল্লু। মতুনা ঐখোয়না লাম্বোক্নবা কৌগনি। 'মতুত্তা খল্লু !...... ফ জিন্দ্রবা, লমজিংবিত্রবা পুক্নিংনা ঐখোয়বু মথাদা চিংথৈ, মথাদা মতম পুম্বগী— ঐখোযবু শন্দোকই, ঐখোয়বু হাংলি ; লাকশিল্লবা লমজিংলবা পুক্নিংনা ঐখোয়বু কল্লি, ঐখোয়বু লাম্বোকহল্লি।

পুক্নিং-পাঙ্গনগী চামনা মবিফু তবাদি ইচম-চম্বা মীগী মতৌনা চ'মথোকখিবনা মহাকা অবাম্বা কযা তৌবিবনি। তম্বীববা মী নত্রগা পুক্নিংদি থক লাক্লে।

থম্মোয পীকপা মীদগী নঙনা কবি ফংগনি খল্লিবনো? পৃথিবীদা ওইথোক্তে। নঙনা সমুদ লানগে হাযববদি যোংবুম্বা থৈনাগী পুক্নিং লৈবা তায়। নঙনা চীং হুংকে হাযববদি মতৌক চানা বম্বা তায।

পুন্সি অসি লৈন-লৈনা অশেংবা কবম্না ফংগনি? ঐখোযনা জঙ্গল শুকং'দা চৎকদ্রা? মতুনা কবি অফবা ভোগনি? পু'রং ফাজিন্দ্রবদি শুকংদা লৈতনমু বাম্নদে, পুক্নিং অতুনা চাবা'নবা অতুম পুবক্কনি। ঐখোযনা শুকং'দম্ম যতুবা লাই কুন ফংগনি মবমদি মেখেয পুম্না পুক্নিংদা লৈবনি। পুক্নিংবু ফাজিল্লবদি মফম খুদিংদা ঐখোযনা শুকং ফংগনি, ঐখোযন হেক লৈরুবদা

মসি ঐখোয ইশাগী বাখনগী হৈনবীনি, মসিনা পৃথিবী শেম-লিবনি, মত ঐখোযগী ন। ঐ খানগী পুক্নিনা পেংপু ফজহল্লি, ঐখোযগী পুক্নি'না পোৎপু থীহল্লি। পৃথিবী পুম্বসি ঐখোযগী পুক্নিদ লৈ। মতাক চব মঙোম্দা পোৎপু উবা তম্মু।

শক্তি শেম্বা ঙমদে, মাবু শিজিন্নবতনি। অতুনা ঐখোযদা লৈনবা অচে বা শক্তি অতুবু লাকসিন্না তনগদবনি; নীংবগী শক্তিনা মখোযবু আত্মাগী ওইহনগনি; অচম্বা শাগুমগদগী শরুক। মসম অতুনা, ধর্ম্ম পুম্বগী অনম্বং পাওতাক পুম্বগী যুম্নীবেন ওইবদি অশেংবনি।

“এসি লাইবক্কি’ হায়বিবা মীশক অদু অপাঙবনি, পাঙদবনি।” অশুম্না সংস্কৃতকী পাওরো অমনা লৈ। অদুগা অকম্বা অদুনদি লেপথৎলগা হায়গনি, “ঐনা ঐনা লাইবক শেমগনি।” লাইবক্কী মনাদা রা ঙাঙলিবা মহাক অদু অহল ওইববনি। নহা ওইরিবা ম ওইদি মহৌশানা পাঙ্গি” ব্রাক্ষন চঙ নাই।

ঐনা থোইদোক হেন্দোম্না থম্মোয়গী অপম্বা অহৌবু ফজ্রগা ইন্দ্রিয়গী নুঙাইবা অদুগী তুংদা চেনগদ্রা? মীওইবনা অমৃতবু থকপা ফজ্রগা খোংবংনগী ঈশিংনা চেনগদ্রা?

নঙ লাইববনি, নঙগী মকপ কনা লৈরেন, থক হায়গনু। এঃ! নিংগুম্বা মতমদা পৈশানা মীবু শবা উবদ্রা? মতম পূম্বদা মনা পৈশা শাবনি। সংসার পূম্নসি মীওইবগী শক্তিনা, থৌনাগী পাঙ্গলা, শ্রদ্ধাগী পাঙ্গন্তনা শেম্বনি।

কোরৌবু শৈচম্না খনথ্রশু,
’তিমাবু ’মম্বনা কুপথ্রশু,
কলা থম্মোয় নঙদি মীকুপতং—
থৌনাগী লবুক্তা লেঙদ লৈয়ু।
লানঙম পাম্থোইবী লাক্নন শোয়দনা—
থৌনা লবুক্তা লেঙদনা লৈয়ু।

‘ঐখোয়গীদি মরম কনিগীনো হংফম থোক্তে, ঐখোয়গীদি থবক তৌবা অমসুং শিবা।’ অফবা থাগৎপা ওইয়ু অদুগা ঐখোয়বু ঈশ্বরনা অচোবা থবক কয়া তৌনব থৌগৎলকপনি খন্দুনা ঐখোয়না মঙশিংদু তৌগনি।

অতোপ্পগী মরাল থিদুনা লৈগনু— মহাক্কী মরাল অদু কা হেয়ম্নু ওইসনু। মদুনা করিগুম্বা মও' অমদা অফবা থক ওইদে। অতোপ্পগী মরাল পুথোকতুনা লৈরুরগা নঙনা মাগী কান্নবা তৌবা ঙমলোই, শুপ্পগী নঙনা মহাকপু অৱাবা পিবনি লোইননা নঙম্নু অরাবদু যঙ্গনি।

মপু অমগী মতোগুম্না থবক তৌগদবনি ; মীনাই অমগুম্না তৌদোই ; অতৎপা লৈতনা থবক তৌ, মীনাই অমগুম্না তৌগনু।

হিদাক ওান্নক অমগী মতম চুম্না লৈরবা মহাক অশেংবা মওংদ ৱাখন তৌরবা মীনি।

সংসারনা লমচৎপু পান্মী। সংসারনা হৌজিকমক দরকার ওইরিবদি মশাগী য়েংদবা প্রেমগী মৈরীনা চাকতুনা লংলবা মীওই অদুবুনি। অদুগুম্বা হুংশিবা অদুদগী বজ্রগুম্বা ঈচেল চেন্থরক্কনি হৌরো, হৌরো! হে অথোইবা থরাগশিং, হৌরো! পৃথিবী অবাবগী মৈনা চাকথৎলক্লে। নঙনা হৌজিক ফাওবা তুমদুনা লৈবা য়ারিব্রা?

মপূক্লিংনা তাক্লরবদি পঙথ্রবা অমনম্নু থবক অমা পাঙবা ওম্মী। অদুবু অশিংবা নহাক্লদি থবক খুদি মক মাগী ৱাখনগী শক্তম ওই-হনবা ওম্মী। অদুনা থবক খুদিংমক অচম্বা নত্তে।

অথোইনা থবক্তি অথোইবা থাদোকপদগীতা হৌগৎপা ওম্মী।

'পৃথিবী পুম্বগীদমক'— ৱাখন অসিগীদমক লোইনা থাব্বা তারবম্নু তুংদা থক নী'হন্নগনু।

অতোপ্পগী মুক্তিগীদমক্তা নহাক্না নরক তাবা তারবস্থু নোক্রা নোক্রা তাও ; পৃথিবী অসিদা নঙনা নঙগীনি হাগবা য়াবা মুক্তি অমত্তা লৈতে।

মুক্তি হায়বসি মহাকতুগীনি— মহাকতুনা অতোপ্পগীদমক্তা লোইনা পুমথা থারবা ! অদুগা অতোপ্পা অমনা অসিং মুংথিন চুপ্পা 'ঐগী মুক্তি, ঐগী মুক্তি' হায়দুনা মকোক ডাওনা লাক্লরিবা মখোয়দুদি হোৌজিক অমসুং তুংদা ওইরক্কদোরিবা মহাক্কী অচুম্বা মঙ্গল অদুগী ওইথোকপা মাংহনবা মফম মতম পুম্বদা লন্থরকদুনা কবডাওননা চংলি। ঐনা ঐগী মীৎনা অদুগুম্বদু হন্না হন্না কয়াবক উথ্রবনি।

দান্দগী চাওবা অথোইবা ধর্ম্ম অমা লৈরে। লৌনবগীদমক মখুৎ তিংথোক্লিবা মহাক্না খ্বাইদগী অতোপ্পনি, অদুগা পানবগীদমক্তা মখুৎ তিংথোক্লিবা মহাক্না খ্বাইদগী অথোইবনি। খুৎ হাযবসি মতম পুম্বদ পীনবগীদমক্তা শারকপনি। নঙনা লাম্বতনা শিগাদবনা নঙগী অথোইবা তন মচেৎ অদু ফাওবা পায়ু। নঙন অতোপ্পানা পীথোকখিবনা মরম ওইদুনা শিববস্থু মরূপ অদুমক্তদা নহাক মপুঙ ফাবা ওইগনি, মারূপ অদুমক্তদা নহাক ঈশ্বর ওইগনি।

নঙনা তশেংনা শেংলবা, করম্না অমোৎপা উবা ঙমগনি ? মরমদি মহুৎদা লৈবিবদু য়াওদ্রবনি। ঐখোয়না ঐখোয়গী মুংদা লৈত্রবদি অমোৎপবু উবা ঙমদে। মসিমক বেদান্তগী নীযম অমনি, মসিবু ঐখোয়না পুন্সিদা পুশিন্নবা হোৎনগদবনি হায়না ঐনা খল্লি।

নঙনা মহুদগী মপান্না থোরকপা তায়। কনানসু নঙবু তম্বীবা ঙমলোই, কনানসু নঙবু অশেংবা থরায় ওইহনবা ঙমলোই। অচোম্বা ওঙ্গা লৈতবনি নঙগী থরায়চুতনি।

মীওইবগী হকচাংন সংসারগী অতৈ হকচাং পুম্নমক্তগী অথোইবনি, মীওইবনা লৈরি পুম্বদগী অথোইবনি। মীনা জীব পূম্বদগী হেল্লি; মীদগী থোইবা কনা লৈতে।

নশাগী তুংগী সেম্মু। 'হৌগ্রবা অশিবতুদি শিনা ফুমগ্রসনু।' মপান লৈত্রবা তুংগী ওইবা নমাংদা লৈরি; নঙনা মতম পূম্বদা নিংশিংগদবদি রাহৈ খুদিংমক, রাথন খুদিংমক অমসুং থৌদাং খুদিংমক নঙগীদমক তুংশিন্দুনা থম্মু, অতৃগা ফত্তবা রাথন অমসুং ফত্তবা থবকশিংনা নঙোন্দা কৈগুম্না চোংশিনগদৌগী থৌবাংলি, অতৃগা হৌগৎলক্লিবা আশা হায়বদি অফবা রাথন অমসুং অফবা থবকশিংনু লাইবেম্বী লক্ষা অমগী শক্তিগা লোইননা মতম পূম্বদা মতম পূম্বগী ওইনা নঙগী মায়য়োক্তা লেপলি।

ঐগী পুন্সিদ অচুম্বগনি। অচুম্বনা কৈদৌঙৈদা অরাম্বগা তিন্নবা য়াদে। মহাক ওবনি মহুদি জগৎ সংসার পূম্বনা ঐগী মায়যোক্তা লেপগ্রবসু মমৈথংদা অচুম্বতনা জয় ওইগনি।

সংসার অসি পাণ্ডবগী নত্তে। চেম্নবা থৌরাং তৌগনু মায় পাকপা মায়থিবগী রাথন তৌগনু।

ওঃ! নঙনা নঙ কনানো হায়বত্তা থম্মলবদি! নঙ আত্মানি, নঙ ঈশ্বরনি। অধ্যাত্মিকী রাকম অহুতনা নঙবু মীনি হায়রিবা!

হায়না ইশাবু ঈশ্বর ওইনবা হোৎনগনি অদুগা অতোপ্পবু ঈশ্বর ওইহন্নবদা মতেং পাংগনি 'ওইযু অদুগা ওইহল্লু'— মসিনি ঐখোয়গী মন্ত্র।

মবম অসিনা রাশকউ মতদি সুমিৎ থুদিংগী লৈখা তাথবক্লিবা মী কডোর ৩০বু থাজৎনবা হোৎনগনি।

ঐনা মহাক্কী পম্মোযদা লাইববগীদমক্তা কপ্লিবা মহাকতুবু মহাত্মা কৌগনি, অদু নত্তবশিংতুবুদি দুরাত্মা কৌগনি।

ঐখোযগা পনথুংদি সংসারগী ফনবা তৌবনি, ইশাগী মীংচত্তা পুং থৈনবা নত্তে।

মীচং শঙ্গন নাইবনা ফত্তবশিংগী অংথোইবা হৌফমনি।

মীমুংশি লৈনা অতোপ্পগী ফনবা তৌবা তশেংনা অক্ষবনি, অদুনা সিব-জ্ঞানদগী জীব সেবানা শরুক চাম থোইবনি।

মতম অমা লাক্লু, মদুদি মীওইবনা থওবা তঙাই ফদবা— হিদাক ঙাম্বক অমগী মতম মীওইবগী শেবা তৌবনা হোম-জোপ কক্ষামা তৌবদগী হেন্বনি।

'শোকন্নু' হাযবনা নঙগী ধর্ম্ম ওইবিমথৈ, 'চাকথুমগী কোম্না' ঈশ্বর ওইবিথৈ, নহাক্কী অধ্যাত্মিক শক্তি চাওখৎকদবা মবৈত্রে।

ঐখোযনা ঈশ্বরবু পুন্নমক্কী মপানি হাযনা প্রার্থনাগী মতমদা হায়বগা পুন্সিগী মীকুপ থুদি দনা মীপুম থুদিংবু ইচিন ইনাওগুম্না থজ্রবদা ঐখোযগী মতীক চাব কবিনো ?

সমুদ্রগী মাইকৈদা যেংউ, ঈশিংগী মাইকৈদা যেংগন্নু ; তীন অমম্মুং ঈশ্বর অমত্তুনি পেৎনদবনি। তীন থুদিংমক যীশু খৃষ্টগী মচিন

মনাওশিংনি, অমবু রাংনা অমবু নেম্না করিগী হায়রিবনো ? মহাক্কী মফমদদি লোইনমক অচৌবনি।

মুঙাইবনা মকোক্তা অরাবগী লুহুপ উপতুনা মীগী মাঙদা লাকই। মহাকপু লৌরুরবদি অরাবা অতুবুম্বু লৌবা তাবনি।

মাইকৈ অমদ', অনৌবা ভারতনা হায়রি, 'শুপ্নগী ঐখোয়না নোংচুপলোমগী রাখন, নোংচুপকী লোন, নোংচুপকী চিঙাক, নো'চুপকী ফিজেৎ অমসু' নো'চুপকী চৎনবী তমলগদি ঐখোয়সু নোংচুপকী লৈবাক্‌য়া কনগনি অমসুং শক্তি লৈগনি ; অমরোমদনা লিরবা ভারতনা হায়রি, 'অপঙবা ! অতোপ্পগী রাখনশিংবু মতৌ তম্বনা মশাগী ওইবা থক য়াদে, ওইখোক্তে, নশাগী ওইনা তাসিনব্র-বদি। নোংশাগী মউন উপশিল্লগা গাধানা নোংশা ওইবা য়াব্রা ?' মাযকৈ অমদনা, অনৌবা ভারতনা হায়রি, "নোংচুপকী লমশিংনা তৌরি পুম্বা অকবা ঙাক্নি, নত্রবদি মখোয়না করম্না অশুপ চাওখৎ-কদগে ?" অমরোমদনা লিরবা ভারতনা হাযরি, 'নোংথাং কুপ্পগী মৈঙ নসি কা হেন্না ঙাম্বনি, অতুবু মতু মীকুপ অমত্তগীনি ; য়েংউ অঙাংশ, মতুনা নখোয়গী মীৎ থকহল্লি ; চেকসিল্লু !'

করিগীদমক ঐখোয়না খুদম অতুদা থানবা হোৎনরোইদৌরি-বনে ? ঐখোয়না মাইথিরগতা শিংলকই। মত্তমদি লোইনাই-বনি। ফকলাং অসি যেংউ। ফক্লাংনা ওইদবা ঙাংব্রা ? মসি ফক্লাং ওইতুনা অতুম লৈ। মীদি ওইদবসু ঙাংই — অতুগা লাইসু ওইবা ঙম্মী। থরদং তৌদনা হেন্না কৈ ; মতুবু লাল্লী হাগনা প্রমান তৌরবসু চীংননীঙাই লৈতে ; করিমত্তা তৌদবদগী মতুনা হেন্না কৈ।

যম্বীমা কৈদৌঙৈগা ওইদবা ঙাডদে, অহুবু য়ম্বী ওইহুনা অতুম ঐগে। থবদ' তৌ।

পাক্খোক চাওখোকপদি পুক্নিনি শুপচিন্বনা শিবনি। মহাক মশাতগী যেংলিবা ওইজবা খিবা মীওইহুনা অতম্বা পুক্নিদা খোঙ থাংজিল্লি— মহাক্কীদি নরক্তা কাওবা ঐক্কম ঐগে।

পৃথিবীগী ইতিহাস পাবগা পণ্ডিতশিংগী শক্তি কদাযদা থনম্মী খংজ্রা? মতুবু লৌশিন্নিংদা? মখোযগী মতুংদা কনানা দার্শনিক্কী নিংথিবা ইবমজ্রা? ন্যায শাস্ত্রগী থোইনা লুবক্না মবমদা ইবমজ্রা? কনাম্মু যাওদে। মখোযন ব্রাহৈ থবদ' হাযবম্মী, যীশুগুম্না হোৎনৌ নঙ যীশু অমা ওইগনি। বুদ্ধগুম্না হোৎনৌ নঙ বুদ্ধ অমা ওইগনি। হোৎনবিবা অতু পুন্সিনি, থৌনানি, জীবন শক্তিনি, মতু যাওদ্রবা লৌশিংগী শকক অমত্তুনা ঈশ্বর॥ মনাক যৌবা ঙমদে।

"নঙগী নথোং মখাদা ঐলিবিবা লম্বী অতুনি নঙনা লানগদৌবিবা অহুগা নমাংদা উবিবা অতুম্মু মতুগা চপ মান্নবনি; থুনমক নঙগী নথোং মথাদা লাক্লগনি, খ্বাইদগী চাওবা পোৎশক্তি নখোঙথাদা ঐলিবি, মবমদি নহাক ঙাল্লিবা থরানমিচাকতুনি।

পুকচেন শেংবা, খাঙবা কন্বা অমসুং ঙাকপা অহুম অসি মায পাকপগী তঙাই ফদবা অতনি, পূম্নমক্কী মথক্তুনা—'মুংশিবা'।

ঐখোযনা অতুক্কী মতৌক হংখবগা ঐখোয়গী শক্তি অতুক্কী মতৌক লংথৎলক্কনি, ঐখোযনা অতুক্কী মতৌক মুংশিবা ঙমলিবমথৈ ঐখোযগা থবক অতুক্কী মতৌক অফবা ওইগনি।

অপীকপা রাফমগী অথোইবা মতৌ— মসিনি গীতাগী পাও-তাক। গীতানা জয় ওইসনু।

মীপুম খুদিংনা পাওতাক পীবা পাম্মী অতুগা ইন্বিবদি পাম্লদে। মসি মমাঙৈগী 'ব্রহ্মচারী' নীয়ম মাঙ্খিবদগীনি। হ.ম্ল. ইম্ব! তম্মু। থোদাবদি মশানা লাকচগনি। মতম খুদিং হান্না মীনাই ওইবা তমগনি; মতুংদা মরম্লাই ওইনা মপু ওইবগী মতীক চারক্কনি।

মসিনথৈ খঙজিল্লু মতুদি কনাগুম্বগী খুদোংচাদববু নিন্দা তৌবা অচৌবা পাপ্নি। থৌদোক অসিদগী নশাবু কল্লবা হোৎনৌ। পুক্নিংদা রাফম লিশিং লক্ষা লাকপা য়াই মতুবু নহাক্না তান-থোকখিবা ঙমহৌঞ্রবদি মতুমক্না নঙবু চয়েৎনহনগনি। অতুগা মতুবু নহাক্না ঙাকথোকচখ্রবা অমদি কাওথোকখ্রবদি মতাং অতুমক্তদা রাফম অতু অতম খমখ্রগনি।

কনাগুম্বনা নঙোম্দা কনাগুম্বগী ফত্তবা তৌস হৌররবা মতুবু তাব ফওবা তারুগনু। তাবমকসু মহা পাপনি; অতোপ্পগী মনানদি লক্ষা অমা লৈরবসু ঙাকপিগদবনি। অরেম্বদা খৎন চৈন তৌবদি খাইদগী চাওবা মহাপাপনি।

# ৪। স্বামীনা পামজরবা ব্রারী অমা

## ( মাগী মাগী মফমদা চাওনবঙাকনি )

নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্কী লৈবাক্তা সন্ন্যাসী হেক লাকপগা মতম পূম্বদা ব্রাহং অসি হেক হেক হংলম্মী—"সংসারবু থাদোক্লগা সন্ন্যাসী ওইত্তুনা চংপনা হেন্না চাওব্রা ; নত্রগা সংসারদা লৈবগা মথৌ পুম্নবু পাঙথোকতুনা লৈবনা হেন্না চাওব্রা ?" মহৈ মশিং হৈবরা পণ্ডিতশিংনা ব্রাহং অসিগী প ওথুম পানবা লাক্করম্মী। বনা কনাগুম্বনা সন্ন্যাসানা হেন্না চ ওই হায়বম্মী। মহুবু তাবগা নিংথৌনা প্রমাণ পীননবা হায়বম্মী, কবিগুম্বা মথোয়না প্রমাণ পীবা ঙমদ্রগা লুহোংহন্দুনা য়ুম পান্ননবা য়াথং পীনম্মী। কনা কনাগুম্বনা লাক্লগা হায়বৈ "মশাগী ধর্ম্ম ও ক্ল যুম পানবনা অথোই-বনি।" নিংথৌনা ব্রাফম অহুগীশু প্রমাণ পানবা হায়বম্মী। প্রমাণ পীবা ঙমদ্রগা মখে য়বুম্নু যুম পালহল্লম্মী।

মমৈথংদা মগুণ লৈববা সন্ন্যাসী নহা অমা লাক্লম্মী। নিংথৌনা মঙোন্দম্নু ব্রাহং অত্রমক হংলম্মী। সন্ন্যাসীনা হায়বম্মী— "হে নিংথৌরেন, মশা মশাগী মফমদা অনিমক চাওই, অমনা অমদগী থক হম্থদে।" নিংথৌনা মহুগী প্রমাণ পাযু হায়বম্মী। সন্ন্যাসীনা পাওথুম পীবম্মা, "হোয়, ঐনা মহুগী প্রমাণ পীগনি, অহুবু নহাক্লা ঐগী ইতুং ইন্বা তায় অমম্নুং মতম থবদি ঐগুম্না পুন্সি লেনবা তায়, মতম অহুতদা ঐনা মহুগী প্রমাণ পীবা ঙমগনি।" নিংথৌনা সন্ন্যাসীগী রাফম অহুবু যাবে অমম্নুং মহাক্কী মতুং ইনথ্রে। মহাক্লা সন্ন্যাসী অহুগা লোয়ননা মহাক্কী লৈবাক লাম্থোকখিহুনা লৈবাক

কয়ামরুম চৎলবা মতুংদা চাউগবা লৈবাক অমদা থুংলম্মী। লৈবাক অদুগী কোনুংদা চাওরবা উৎসব অমা পাঙথোক্লম্মী। নিংথৌ অমশুং সন্ন্যাসী অনিনা পুঙ-ইশৈ-নোংমাইগী মংথান তারম্মী— মরক্তা পুঙজ্রাওগী মথোনশু। মীশিংনা লু-না নান-না লৈতেংলগা শড়কী চিদায়দা লেপলম্মী। মতম অসিমক্তদা পাওজেন অমা লাওথক্লম্মী "লৈবাক অসিগী রাজকুমারী সরম্বর তৌগদৌরি।"

রাজকুমারীশিংগী অশুম্না মথোয়গী মপুরোইবা থম্বগী নিয়ম অসি ভারতবর্ষগীদি থাইনদগী চৎনবকপনি। মশানা খোয়দাজবা মপুরোইবগী মরীদা রাজকুমারীশিংগী তোঙান তোঙাম্বা মওংদা অপাম্বা লৈজরম্মী। কনানা থোগদোক হেন্দোক্লা ফজববু পান্নম্মী। কনানা থোইনা মহৈ হৈববু, কন না লন লৈববু, অসিনচিংবা। মনাক নকপা অরাপ্পা লৈবাকশিংগী নিংথৌ মচাশিংনা ফজ-ফজরবা মওংদা লৈতেংজুনা রাজকুমারাগী মমাংদা ফমলম্মী। করি করিগুম্বদা নিংথৌ মচাশিংগী মশক তাকপা অমশুং মগুণ উংপগী থৌরমশু পাঙথোক্লম্মী। রাজকুমারীবু ফজনা লৈতেংলবা সিংহাসন অমদা ফাহল্লগা সভাগী অকোইবদা পুগনা চৎলম্মী। মমাং মমাংদা তারুবা নিংথৌ মচাশিংগী মগুণ তায়; পামদ্রগা মথংদা, পামলগা মহাক্কী ভকশমদা বরমালা হুক্তুনা মপুরোইবা ওইনা পুজা কচরম্মী।

অশুম্না সয়ম্বর তৌরিবা দেশ অদুদা নিংথৌ অদুগা সন্ন্যাসী অদুগা য়ৌরক্লে। রাজকুমারী অদু পৃথিবীদা অনিশুদনা ফজবা ওইরম্ম। অদুগীশু মথক্তা মপানা শিগ্রবা মতুংদা লৈবাক ফংহৌগ-দবশু ওইরম্মী। মহাক্কী মপুরোইবশু থোইদোক হেন্দোক্লা ফজবা

অমা ওইহন্নীংলম্মী, অদুবু মতৌক চাবা মুপা ফংলমদে। কযারক হন্না মহাক্কী সয়ম্বর তৌগ্রবনি। ফংদহনবা লাক্লবনি। অদুবু হন্দক্কী সযম্বর অসিদ য়াম্না হেন্না ফজবম্মী; অতোপ অতোপ্পা কয় মু তাঞ্জা অসিবু নাম্বোকহন্নিংদবনা লাক্লম্মী।

রাজকুমারী অদু রত্ননা থামলবা সিংহাসন্দা ফমহল্লগা নিংথৌ অমগী মমাংদগী অমগী মাংদা পুহনা কোয়না চংলমই; অদুবু রাজ-কুমারীনা কনাগী মায়কৈদা মীৎয়েং থমলমদে। পুন্নমক্না খননগে—'হান্নগুম্না ভসিম্মু সযম্বর অসি মহৈ যান্দনা তোক্লগদা?' মতম অসি-মক্তদা অতোপ্পা ফজবা সন্ন্যাসী অমা লাকতুনা থুংলবে। মহাক অদু অমুক্কী মতৌক ফজে মহদি স্বর্গগী মুমিৎ কোবা লাইনা অত্রিয়া থাদোক্লমলগা পৃথিবীদা কুমলকপগুমই। মহাক লাক্লগা সভাগী মচৌ অমদা লেপতুনা তৌসিবশিংডবু য়েংলমই। রাজকুমারীগী সিংহাসন অদু মহাক্কী মনাক য়ৌরক্লমই, মহাক্না সন্ন্যাসী অদুবু উরুবদা লেপগ্রে অমম্মুং বরমালা অদু মহাক্কী ভকশমদা হুকখ্রে। ফজরবা সন্ন্যাসী অদুনা নৈ পরেং অদুবু থিংলদুনা হায়রমই, "হিঃ করিনো?" নৈ পরেং অদুবু লংথোক্লমই— "ঐদি সন্ন্যাসীনি, কর্ন্না লুহোংগদৌরিবনো?" নৈবাক অদুগী নিংথৌনা থল্লমই—মহাক অসি লনথুম নৈজদবনা রাজকুমারীগা লুহোংবা য়ানিংদ্রিবনি মরমদুনা মহাক্না হায়রমই, "যেংউ, নহাক্না হৌজিক ঐগী ইচা মুপীগা লুহো বগীদমক্তা নৈবাক ভজ্বায় অমা ফংলগনি অদুগা ঐনা শিরবা মতুংদনা পুন্নমক।" মসী হায়রদুনা মহাক্কী ভকশমদা বরমালা অদু অমুক্কা হুক্লমই। সন্ন্যাসী পাখণ্ড মচদুনা বরমালা অদুবু

লৌথোকতুনা অমুক্কা লংথোবতুনা "হিঃ করিনোদা, ঐবু লুহোংবগী করি কান্নবা লৈরিবনো ?" হায়রমলগা সভা থাদোক্তুনা চৎখিরম্মী।

অসোমদনা রাজকুমারী অহুনা সন্ন্যাসী পখঙ অত্তদা শুক্ষৎখিবনা মরম ওইহুনা, "ঐদি নহাক্কা লুহোংগনি, য়াদ্রবদি থবায় অসি থারগনি" হায়রহুনা মতুং ইন্নখ্রে। মতম অসিদা হান্নগী সন্ন্যাসী অহুনা পুরক্লিবা নিংথৌ অত্তদা হায়রম্মী, "হে নিংথৌ, ঐখোয় অনিস্থু মখোয় অনিগী মতুং ইন্সি।" অস্থুম্না, মখোয় অনিহু মখোয়গী মত্থু দা থোইনা লাংতক্লনা ইনখ্রে। সন্ন্যাসী পাখঙ অহু রাজকুমারী অহুগা লুহোংবা অহুবু য়ানিংদনা মাইল কয়া লাপ্না চৎলগা বন অমদা চঙখ্রে। মতুংদনা রাজকুমারী অহুনা চৎলি মখোয়নিগী মতু দনা অনী অহু।

নৌরবা সন্ন্যাসী অহদি বন অহুবু নাংথিনা খঙবা ওইবনা লম্বী অমদগী অমদা চঙখিহুনা মাঙথোকখ্রে। নিংথৌ মচানুপী অহুনা অস্থুম অস্থুম চঙলকপদগী খিবা ফঙলকত্রবদা উথোং অমদা ফম্লগা কপতুনা লৈখ্রে। খুদক অহুমক্তদা নিংথৌ অমদি সন্ন্যাসী অনীনা লাক্কুনা হায়রকই, "ইচানুপী, কপকনু, ঐখোয়না নঙবু জঙ্গল অসিগী মপান্দা পুথোকপিগনি, অহুবু হৌজিক্তি য়াম্না থেঙজিনখ্রে অহুনা অসিদা লৈরিবা উজাও অসিগী মথাদা ওসি অহিং অসি পোথারগা নোং ঙাল্লবা মতমদা ঐখোয় নঙগী লম্বী তাকপিগে।" অস্থুম্না মখোয় অহুম উজাও মথাদা লৈখ্রে।

উজাও অহুগী মশা অমদা পীক্লবা উচেক অমনা মাগী হুপী অমদি মচা অহুমগা লৈরম্মী। উচেক অহুনা উগী মথাদা লৈরিবা

মথে য় অহুমবু য়েংলগা মাগী মুপীদা, "য়েংউ, মখোয় অসি ঐখোয়গী অতিথিনি, নিংথম্বা মতমনি, অহুবু ঐখোয়গীদি মৈশু লৈতে" অমুম হায়বম্লগা পাইখ্রে। ঙাইহাক্কী মতুংদা মচিন্না অচাকপা চৈ মত্তেক অমা পূবক্লগা মীশিং অহুগী মাঙদা থাদবে। মীশিং অহুনা শাং হাপচন্দুনা মৈ হৌগৎলে, মৈ ত্তিক্লে। অংবু উচেক অহুদি পেন্ত্রি। মহাক্কা মহাক্কা মুপীদা অমুক্কা হায়বকই, "হায়য়ু ঐখোয কবি তৌব তায, মখোয়দি চবা হে'ল্ল, মখোযদা পীজনবা ঐখোযগী কবিশু লৈতে। ঐখোযদি যুম পাল্লিবনি, ঐখোয়গী ধর্ম্মদি ইফমদা লাকপা মীবু পীজবা তাবনি। ঐমী ইফমদা লৈবা অভম্বা শক্তি তৌবা তায়, ঐনা ঐগী ইশা অসি পীজবা তাবে।" অমুম হাযরহুনা মহাক মৈমুংদা তাসিনখ্রে, বম্বা নংহৌদ্রে, শিখ্রে। উচেক মুপী অহুনা মপুবোইবনা তৌখ্রিবা অকবা থবক অহুবু উরগা মাশু থল্লক্লে, 'মখোযদি অহুমনি, উচেক মচা অহুনা কবি কবম মপূক থম্ন, অহুনদি ঐবুমু পীবগে' অমুন থন্দুনা মহাকমু মৈমুংদা তাসিনখ্রে, লৌখ্রে।

মতুংদা মচা অহুম অহুনম খোয় মসেন মবকই, "ঐখোয়গী ইপা ইমানা মখোয়গী তৌফম থোকপদি তৌখ্রে অহুবু মসিনা ওক্কনি হায়বা নীংদে, অহুনা ঐখোয়মু মখে য়না নীংঙম্বা অহুবু মপুং ফাহম্বা তাবনি,— ঐখোয়মু ইশা অসি পীবসি।" অমুম হায়রহুনা লোই-নমক মৈমুংদা চোংশিনখ্রে, চাকখ্রে, শিখ্রে।

মসি পুমুমক উবদা অহুম অহু ঙকখ্রে। উচেকশিং অহুবু মখোয়না করম চাবা ঙমগনি! মুমিদাং অহুমা চরা হেম্না থাঙলে।

নোং ভাল্লবদা নিংথৌ অমসুং সন্ন্যাসীনা রাজকুমারী অদুবু জঙ্গলগী লম্বী তাকপীদুনা মপাগী মনাক্তা চৎহনখ্রে।

হৌজিক সন্ন্যাসী অদুনা নিংথৌদা হায়রকই, "যেংবিয়ু নিংথৌ, নহাক হৌজিক ভাব তাবিবন্নপনি নীংই, মহুদি মশা মশাগী মফমদা লোইনমক চাওবনি। করিগুম্বা নহাক্না সংসারদা লৈবা পাম্নবদি উচেকশিং অদুগী মতৌগুম লৈয়ু। অতোপ্পগী-দমক্তা পুক্নী কথোক্লনবা মতম পুম্বদা থনগদবনি। অদুগা নহাক্না কবিগুম্বা সংসাব অসিবু থাদোকনীংলদি পাখণ্ড সন্ন্যাসী অদুগুম্না ওইয়ু, মহাক্কীদমক ফজবী হুপী অমদি লৈবাক ফাওবা নাপীগুম্না থনখি। যুম পাম্বা তাববদি অতোপ্পগীদমক্তা পুক্নী কৎনবা মতম পুম্বদা শেম শাদুনা লৈগদবনি অদুগা সন্ন্যাসী অমা ওইনা লৈগে হায়বগা ফজবা, লম্নুম অমদি ফংকম থোকপা পুম্বগী মায়কৈদা মীৎ-চানা ফাওবা য়েংলোইদোবনি। মশা মশাগী মফমদা লোইনমক অথোইবনি, অদুবু অমগী মথৌনা অমগী ওইবদি থক য়ারোই।"

———

"নঙনা ভারতপু খঙনিংলবদি বিবেকানন্দবু নৈনৌ। মাঙোন্দা অশেংবতা য়াওবনি অরাম্বা য়াওদবনি।"

রবিন্দ্রনাথ ঠাকুর।

*　*　*　*

"ঐনা মাগী থবক থৌরম পুম্বা নিংথিনা নৈনরে, খঙলে, মহুতনা ইরৈবাক মচাবু নুংশিজবহ্ শরুক লিশিং হেক্নংহনবা ঙমলে।"

মহাত্মা গান্ধি।

*　*　*　*

"স্বামীদি নুপা থোকপা অশেংবা ঈ অদুনি। মহাক শক্তিবু পুজা তৌবা মা ওইরবসু বেদান্তবু মহাক্না মরৈবাক মচাশিংদা য়েন্নম নুপা অমনি। 'থৌনা, থৌনানি উপনিষদনা হায়রিবসে'— হায়বনা মহাক্না অতৎপা নৈতবা খোল্লাওনি। মহাক্না লমচৎ শেম্বগী অচৌবা য়ুমফম অমা থোল্লম্মী— মহাক্না হিংলম্লবদি ঐহাক মাগী মখোঙদা তুরমগনি। অনৌবা ভারত অসি মহাক্না সেম্লম্বনি হায়বদা ঐ লাক্লোই।"

সুভাসচন্দ্র বোস।